# মোইরাং পর্ব্ব

খুৎলং ইশৈ

মমল লুপা ১·৫০

# ৱাহৈ থৱদং

মোইরাং পর্ব্ব কৌবা লাইরিক মচা অসি অনিশুবা লাপ্তাওগী মমাংদা শুমাং লিলা ওইনা শান্নরম্বা মওং অদু ঐনা থিজিন্দুনা ইজবনি। মমাংঙৈগী মোইরাং পর্ব্ব শুমাং লিলা অসি অহল লমনশিংনা তাক্লপিরম্বা মওং অদুগা মতম অদুগী লিলা অদুদা য়াওবীরম্বা ওঝাশিং থরনা মওং মতৌ, খুংলং ইশৈনা মপুং ওইনা শক্তুনা লিলা ওইনা শান্নৈ হায়না তাকপি। লিলা অদুগী মওং অদু য়ারিবমথৈ কাইদনা লাইরিক অসিদা ইজবনি।

থাইনগী সংস্কৃতী ওইবা খুংলং ইশৈনা মপুং ওইবা "মোইরাং পর্ব্ব" কৌবা লাইরিক অসি মণিপুর সরকারনা হুংশিবীদুনা কোংদোক্লবগী মতেং পিবীবগীদমক নুঙাইবা কোংদোকচরি।

ইম্ফাল,

তাং ১। ২। ৬৯ ইং

লেখক

খুদোল তম্বা

ঐবু পোকপা পলেমগী মফমদা
তমঞ্জরি নচাগী খুদোল
থাইনগী শৈশক হুংশিবা
থুমন ওংবী মহাক্কী
হুংশি শক্তম ওইখিবা
“মোইরাং পর্ব্ব” বারিসে॥

শ্রীরজনী কান্ত

# মোইরাং পর্ব্ব

(খুৎলং ইশৈ)

## ঈল-চিংব

লোক্তাক ঈশা মাপল ফাংবা লাইক্ষনদি ঈহৌরক, অশংবা হানোনদি লেং-.লং চৎ; থবো থম্বাল থারিকথানচিংবদি পুমঙো ঙো; নোংগী মপেনস্ম ইমুমু; লাইজ ঈশিংনস্থ তনিক, তনিক; উচেক্নী মপেনস্থ শঙ্গু, শঙ্গু চক্তারিবা; অশংবা হানোবক্ত, উগুম কোবী চেক্ল না 'তুম' 'তুম' খোংইবা। ঋতুনা মপুং ফাবকলবী পোইবীনা লোক্তাকী ফজবসে অস্থম ষেংউবগা প ইমা পুক্লিং মুঙলখি। ষণ শেনবদা অহানবদা উখিবা মথংলেন মাঙ্গা মাগী শক্তম অহৃ্ু কাওঙমদা অরা মুংশি ফোংদোকপদি ঙমখিদা, অরা মৈশা লাংবা মওগুম পোইবীনা পোইবৈ শায়া যেংলহুনা ইশৈ শককই:—

খোইবী

অ...লমলানকাইগী খোইরোইও—চ মবা!
শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচানিদ পাম্মুবা
অম্বাল লৌদবু লাংথাকপা,
তেনবান লৌদবু লাংগাইবা,
য়ারৌ শজি শংাই তুবান শাদা
পানগদোবা তেন্দুনা, ননাও লাইবক থিবীদা
মাঙ্গ তেনবাললরেগবা পাম্মুবা,
হো-ইমানগী মচা তেন শৎপিবা
কাল ওইরেগবা ইবুঙোতোন—!

থোইবীগী ইশৈ অসি তাবদা ঈল-চিংলিবা মতা মযাম্না ইভক ভক্ত যেংনখি। মতাশিংনা খরস্থ তুমিন তুমিন নোকখি। মমোম মাগী পুক্নিংবু খংজববী সেন্থনা অস্থম্না হায়খি "কুমগী নোংহো লাকপদা সনা পুক্নিংস্থ ঈহৌবকপ্রা কৈনো ননাই সেন্থদি ইভকপু ভকহবেদা —।"

মতম অসিদা খম্বস্থ অখাপ্রদা হি হোত্নুনা অস্থম্না ইশৈ শকলকই।

খম্বা :—

নুম্না ইবেম্মা অপাম পোইরৈ লমদম মাইগৈবু
চিংনা চিংনা য়েংবদি —
লোক্তাক ইশা মাপল কাংবগী লৈচিন্না
শাস্থ, লেস্থ ময়োল য়াম্না ত মখিবগী ময়মনা
অপাম পোইরৈ মাইগৈ খলহৌরে।
নুজ্ঞা নঙুং-লাংগীদমক পাখংনা খোংদোই হুন্নকপদা
নিঙোল খয়াই থোঙ্গান য়ৌরে হায়রগা
শিঙেল লৈরাং হেক্কে লাকপবু,
নিংথৌ কোন্দা, শিঙেল তোমথিন শাৎপী লৈরাং ওইবনা
লৈরাং হেকসি হেকওমদা
তাওজিং চাসি চাওমদা
পাখং লাইবক থিবদি—
নুজ্ঞা-ই খয়াই থোঙ্গান্দগী
নুজাবু হম্না হম্না য়েংহনা
পাখং লাইবক থিবদি মোংবা ইয়ানম্নাইদা হল্লেদো।
মীগীও - মচা নোংদম ওইবী
মোইরাংগী থোইবী। থোইবী!

লোক্তাক্কী হুংশিং নামিবনা তান্না তান্না পুরকলবা থম্বগী ইশৈ অসি মচাইবেম্মা থোইবীগী নাকোংদা পাংদমলকলে। ইশৈ অসি তাবদা লাইজ ইরোল্লদা পোমলবা থম্বালনা কোবৌ নশক উবদা মপুংফানা শাৎকাইরপ গুম থোইবীগী পুক্নিং মক্না লান্না নোকহল্লি। মতা সেন্নদা ওনশিল্লহুনা "সেনু অচানবী! তাদত্রানে নংনু? ইশৈ অসি মওং অমা তৌইমি—। ঙসি লোক্তাক্তা নীপা অমতা তরকপা মদে হায়রবগা মোইরাংগী লমকেৎপা কনানো?" অসুম হায়বমলগা থোইবানা ওক্কুনা ইশৈ খুমলকই :—

থোইবী :—

হা—কেগে কনানো, হা মোইরাং কনানোনে অঙম্বা
ঙসি লোক্তাক ইশা মাপল কাংবা লমদমদা
রাগৈ হিবু হোল্লকইগা নংবু কনানো?
মোইরাংগী লৈময়োন চাওদবী,
লেমলৈ ঙাবু থিরিবৈ
নীপা কুম্বা য়াদেবু তাদত্রা?
নুপীগী জাত্তবু পোকলবী
অবলা পাক্কল শোনবীনি খন্দুনবু উশিত্তত্রা?
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
ইপলনা নিংথৌ ওইরি,
ইপানা যুবরাজ ওইরি
থোইবী ইতিক খংগনি,
হা মোইরাংগী লমকেৎপা লৈরমউ।

লাইনা তম্বা হাযবা অদুনি খম্বগী হিংসে গোইবীনা লৈবা মাইগৈদা অসুম হোজিল্লক্তুনা তাংনা ফংলবা মণিগুম নুঙ্গা মানা যেংজখি। পুন্সিসিমগী কাওদনা মুংশি চানা কিশিনা শারী নামুনখিদে।

অঙাওবা লোক্তাক্কী ঈথক মরক্তা অঙাওবা পুন্সিগী অযুক্তা উনখিবা মশাবীমাঙ্গা পাম্মুবা, ঙসিস্থ মপাবুং যুবরাজগী পানা কাংজৈদা নোংবানবু মাইথিবা পিতুনা অঙৌবা ফুরাগুম লেপ্লমবা অদু উবদা থোইবী থোইনা হেন্না হরাওখি। মাঙ্গা মহাকপু, কলোই মপাউ হংলকই ঃ—

থোইবী ঃ—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি পাম্মুবা,
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তা মাঙ্গা নহাকপু লাকপদি লোয়ুম্বা,
শাবী ইবুঙো নংগুম্বা তম্বা নীপাসে কম্না শুবগে ?
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তদিনে নুংশিবা
ননাওগী চিঙ্গোয় মপাউ তারবদি
পাম্মুবা কোলোই অমুক্তদি মেনবীরকউ ইবুঙো।

থোইবীনা অসুম্না মুংশি মুঙঙোম্না হায়দোরকপা অসি তাবদা মনাই সেম্বুনা হায়রকই "সনাবিম্মা ! নিংথৌগী মচানি হাযবা কাওরব্রা ? নপল ইবুঙো মোইরাং নিংথৌ যাওরি, অঙম অথৌ চাওবা-নোংথোনস্থ যাওরি। লৈবাক প্রজা তিল্লকলবা মতমদা তাজবী পুক্লিং নোংইনবু ইকাই ফিরুক হাংবা হৌনদে।"

থোইবী— ইপল ইবুঙো মোইরাং নিংথৌ য়াওরি। লৈপাক প্রজা চোন্না তিল্লে হাযবস্থ থংই। অদুবু অচানবী ! তম্বা মহাকপু উবদা নতা ঐগী পুক্লিংসে অনিথোক্ল থনখিদ্রে। অদুবু সেম্বু লমশানকাইগী থোইরোই মহাক্কি হন্নামক্তা য়েংবীরমদ্রে।

লৈমা নিংথৌনা শকথংলবা খম্বা, হৌজিক্কি যুবরাজগী পানাগী পাম্বোম ওইংখ্রে। মোইরাং থাংজিং হরাওনবগীদমক খম্বা নোংবান অনি নিংথৌগী মাথং কোকথক্কা পুরক্কনা লৈথিবা চংপা ভাবমহে।

# লৈ-থিবা

খম্বা অমসুং নোংবান অনিনা থাংজিং লাই হরাওবদা লৈকংনবা অমদি লৈমা নিংথৌদা লৈবাংনবগীদমক্তা নিংথৌগী মাথং পুবান্না লৈ-থিবা চংলনই। নোংবান্না খম্ববু শিংদসনু মতাংগুম লম্বী লান্না তাকশি-নবনা খম্বনা অশোংবা নাবক, অগুম্বা চোং নাপোম কয়া কাখৎলমই। চোংগী নাপোম অমা কাখৎলকপদা মঙাকনা থোইবীবু কে বজ্ঞনা শেশল্লকই।

**খম্বাঃ—**

নুরা ইবেম্মা। লমদম তাম্না কৈহৌরবীবু থোইবী
পাখং লাইবক থিবনা
লোইবী নাপোম মনমথক্কা
পাখংনা থোংদোই হুনবদি
নুঙ্গা কনাগী মশুং লাংগীনো
খম্বাল নশুং লাংগী নৎতব্রনে ?
পাখংনা রারকলবা কাল

হুমাংগী লৈরিক তারক্লবা কালত্থনা
নিংঙোলগী লাংচ্রিক মানবা নখোঞ্জেল
তাম্না মানবী নপাউখোল
নিঙোল নপাও তারবদি—
পাখং অরা' পোখানগদবনি।
লমদম তাম্না লৈহৌরবী থোইবী। থোইবী।

খম্বনা অরাংবা উপাল অমা কারগা উপাল অত্থদগী খোংগলমেলৈ চরোং চরোং হেকপরমই। হৈনম লৈনমনা চুরবা চীংগী লমদম, শজিবুগী তনৌ তনৌরবা যেন্নিং উপালনা তঙাং তঙাংবা অত্থ উরগা খম্বনা ফিগাউদা খুঞ্জিল্লত্থনা চীংঙুংগী থোম্মাং য়েনা ইশৈ শকলকই:—

খম্বা:—

অ- মুরা ইবেম্মা। পাখংনা লোইবী চীংদবু কাত্থনা
শিঙেল লৈরাং খিববু চৎপদি মুংশিবী
হা-ইবেম্মা। পাখংনা রারকলবা কাল
মুংশা ফুইনা হোল্লকলবা কান্দুদদি
নিঙোলগী থাউদল মানবী খুত্তা
আগনি মানবী পুমপুমম্বী
মুজা খম্বাল মানবী খুত্তুনা তপ্না
তামুল্ল পানা খুদপ চারবদি
পাখংও। অশুক রারোইদবনি
লমদম তাম্নবু লৈহৌরবী ইবেম্মা।

খম্বনা নিংথিজরবা লৈ কগামরুম হেকপা লোযরবা মতুংদা থাংজিং চিংদোনগী অরাংবা মতোন্দা লেপলদুনা মোইরাংগী লমদম য়েংলমই। মোইরাং নিংথৌগী সনাকোন্নুং, লৈমা নিংথৌগী শঙ্গাই উরকপদা খম্বনা অম্বুম্না থাদুনা শৈশকলকই:—

খম্বা :-

ইপাম লমদম নুংশি মাইগৈবু
চিংনা চিংনা য়েংববু নুংশিবী।
লমলেন লোক্তাক ঈশা মাপল কাংবগী লৈচিলনা
শাম্থ লেম্থ তাবা মম্নকুদি
নপল ইবুঙো যুবরাজ সনা কোন্নুংনদি
ইরং লংনা উবদি—
পাখং পুক্নিং নৌহৌরকলে-,
খম্বাল মানবীনিদি সনাহল।
অ-ইবেম্মা পাখংনা
লোইবী চীংদবু কাদুনা
শিঙেল লৈরাং খিববু চৎপদি নুংশিবী
নুরা কনাগী মঙুং লাংগীনো
খম্বাল কনাগী মঙুংলাংগীনোনে পামুবী।
মোইরাংগী থোইবী নঙুংলাংগী নঙত্রা?
হো মীগীও মচা লমদম তাম্না লৈহৌরবী
মোইরাংগী থোইবীনিদি সনাহল।

থোইবীগা মনাই সেন্নুগা খম্বগী লাইর থাংপোক্তা নৈ যেংব লাকলমই। থোইবীনা লৈগী লৈশক হংলকই।

থোইবী :—

শাবী ইবুংঙো থংলেন ইমানগী মচাদি লোয়ুম্বা
ঙরাংনা লাইরেন কোরো নুমিত্তুদি পাম্মুবা
হা-ইবুংঙো লোইবী চীংদবু কাদনা
শিঙেল লৈরাং থিবা চৎপদি পাম্ম বা
লাইবক থিবী ননাওনা
লৈরাংগী লৈশক য়েংজগে হায়হনা
ননাও খোংদোই হুক্তরকপনিনে ইমান' মচা।
নোংদমই থিবী ননাওদা—
লৈরাং পীনবীয়ু ইবুঙোতোন।

খম্বা :—

অ-ইবেম্মা থম্বাল মানবীবু সনাহল
ঙরাংনা কোরো নুমিত্তুদি নুংশিবী
নোংদম থিবা পাওংনা
ও-লোইবী চীংদবু কাহনা,
লৈরাং থিজরুবদি নুংশিবী
নিঙোলনা পাইমা খোইদাবা লৈরাং
য়াওররোইদোবোই, হো-নুজা মিৎয়েং তাবীবা
কাল ওইরেনে সনাহল।

থোইবীনা লৈগী পোলাং অদু হাংদোক্তুনা লৈশক নাইনা য়েংলকই। মপুক্লিংনা তাবা নৈ অমতা যাওরমদবা অদুদা অসুম্না হায়রকই।

খোইবী:—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি পাম্মুবা,
পাম্মুবা নহাক্ত ওরাং কোয়ৌ সুমিত্তা,
থিরুবা শিংভেল লৈরাং আসংঙম্বদি
ইপা ইবুংঙো লৈরাং লৈকোন্দম্ব
পাম্মুবা ননিং তম্না তক্কবা য়াগনিনা
লৈরাং আসিগীদমক্তা পাম্মুবা য়ানবা
খোংদোই হুনবিরুরিব্রা ?
ননাও হুপ্পরগে পাম্মুবা।

থম্বা:—

নুরা-ওদা লেংও, হা-থম্বাল চৎলো সনাহল!
খুমন তনৈ-লাহরবা য়াক্লা
লৈরাং প্রেংদবু লেংলবদি নুংশিবী,
নিঙোলগী মাওনু খুজিন মচাদো
শম্বলনৈনা চুগনি সনাহল!
ইতাও ইবুংঙো নোংবান মরানয়াইদদি কুমলগা
ইতাও ইবুংঙোই লৈরাং পরেং লেংবীরুরোনে সনাহল!
নুরা ওদা-চৎপিরো
হা-থম্বাল লেংবীরোদা সনাহল।

থম্বাগী য়াহৈ অদু তাবদা খোইবীনা অমুক হঞ্জিন্দুনা পোলাংগী চরৈ মথং মথং থোক্কুনা যেংলমই। সনা মচু মানবা খোংগলমেৈল যেক্লমলে, কাকনৈনচিংবা লৈরাং চরোং চরোং উবদা পাইমা খোইদানা

মোমোন নোক্না খম্বদা ঋেংলমই। অদুগা অম্বুম্না সেন্নুদা হায়রকই "ইতা!
মীজাওনা লুবক্ কাচিন কোয়া যৌরমগনি হায়বসে কনানা থাজনিগে—
"অম্বুম্না হায়রবুনা খোইবীনা লৈ লেংলমই।

---

# ফিরাইবা

—o—

খম্বনা হযেং লৈরাংবা চৎপদা শেংনবা ফিগী মরমদা মচেম
খম্‌না হায়রকই।

খম্:—

ইচেমগী ইবুংঙো ইগু নিংথৌ নোংয়াই কৌগেনে ইচেমনা
নোংয়াই ঙসি কোরৌ নুমিত্তুদি—
নুমিদাংবাইগী কালহৃদা
কেগে খুম্বক কাওবা চেনখ্রে,
খুনখা কাওবা লাওখ্রে।
হয়েংগী কোরৌ নুমিত্তা
নবুথৌ মোইরাং থাংজিং
শিঙেল লৈরাং কৎপা চৎপদি

চরৈ কিমায়দবা য়ারোই হাযরিয়ে লাইরবা।
নোংযাই নহাক্তীদি চরৈ লৈতবনিনা,
কেগে কনাদা চরৈ রাইকনি হায়বগে লাইরবা।

থম্বা:—

ইচে ইবেম্মা পলেম পলেম শকপীবু ইচেমহল!
নযুমনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তুদিনে ইচেমহল,
ইপা ইবুংঙো পম্খৌগা মকপ শান্নরমই হাযবদি
মোইরাংগী থাঙ্গালাকপা মবা' য়াইদা চেংলে হায়রগা
চরৈ রাইকসিগবা ইমা শকপী।

থাঙ্গলাকপনা ফি পিবক্তুবদা অমুক খোংলেনগী যুমদা লাকলমই খোংলেনগী মনাইশিংনা খম্ববু হুরানবনি হাযদুনা পুন্দুনা থমলমই। মতুদা থম্নুনা তেংথারকই।

থম্ব:—

ইচেমগী ইবুংঙো ইচু নিংথৌ কৌগেনে ইবুংঙো!
ইচেমগী ইবুংঙো ঙসি' কোয়ৌ কুমিত্তা
ইযুম কেগে মোইরাং লৈপাক্তুদিনে লাইরবা
নোংয়াই কনা লৈতবগী মরমনা
কেগেদা লমজা অতাকনবা তারেদো লাইরবা,
মোইরাংদা লমজা শারা মচা আতাকনখিবা তারে।
ইচেমবু করি ওইক্রুরসিগে থম্বা।

খম্বগী তেংথা খোঞ্জেল তাবদা থোংলেনগী মতু অতোনবীনা তাবদুনা মপাল থোবক্কুনা কোলোই মপাউ হংলকই।

থোংলেনবী:—

কেগে চনু, হা-মোইরাংগী চনু কৌগেকো ইবেম্মা।
ভসিনা কোরৌ নুমিত্তুদি চবৈহন,
ইমানা নংগী চেংলৌ উরে তাযবগা
পুক্লিংবু ইনৌ নৌরকইনে ইবেম্মা।
কেগে লমদম কদাইদা লৈবগে ?
মোইরাং লমদম কদাইদবু লৈবগে ?
নংবু পোকপা পম্বৌনা করি কলোই কৌবগে ?
নংবু পোকপা পলেমনা করি কলোই কৌবগে ?
ইমাদা কলোই নপাউ শেংনা তম্মু তম্মুনে লাংলেনহন

খম্বু:—

ইমা ইবেম্মা হা- পলেম পলেম কৌগেনে ইমাশকপী।
ভসি কোরৌ নুমিত্তুদিনে ইমা,
নমোম লাইবক খিবিদি
মোয়াংগী চেংগৈদা লৈবীনি।
লাইরবী ইচিল ইপরাবু
পোকলম্বা পম্বৌগী মিংদি
মোইরাংগী পুরেনবা হায়না কৌইনে ইমা
পলেম ইমাগী কলোই মিংদি
কোইদিং লমমিৎ চুম্বী ভাংঞলৈমা
হায়না কৌই, কৌই, ইমা- ইমা।

খম্বগী মপাউ পাবদা নোংথাংদিন পুবনবগী মচা খম্ব, খম্বনি খংকনা মথোই অনিনা মপা থোংলেনগী মনক্তা পুশিনকই। থোংলেন্ন মচা অনিগী শক্তম অত উবদা হবা ওবনা—ক'দগা লাকইবনো হায়না পাউ তংলকপদা খম্বনা পুনশিকই।

খম্বা:—

অ—ইপা ইবুংঙো হ—পান্থো, পান্থো কৌগেনে মচানা
লাইরবা নচ'না হায়েং কোবো মু'মহুঙা
ইবুধো মোইবাং থাং জংদা
শিংচল লৈবাং কৎপ'দ
চরৈ কিমারদবা য়ারোই হায়রকনা
খুম্বক পাউ চেনখে, খুলখা পাউবু চেনখিবগী নরমনা
ইপা ইবুংঙো নপারী লমজা মচানা
পান্থো নকনা চরৈ য়াইগে হায়রুনা
লাকপনি অপোকপা— ।
নপারী লমজা মচ'দা
চরৈ কি পিনবীবু অপোকপা।

মচাগী মপাউ পাবদা থোংলেন্না পুরেনবনা খমলম্বা মচাশিংগী যি'ব ন-শিংদা পুথোক্লুনা পি'খি। অ'হং অহুদা মচিন মপরা অ'নমকপু থোংলেনবীনা জংগোম শাবা তম্বীখি। থোংলেনবীনা ইশৈ শকই।

খোংলেনবীঃ—

খোইরাং হৈনিদা, চানবা হৈনিদা
য়োইবূ তম্ফা য়াওমলোন
চিন্দম্বা, হৈনিদা।

× × × × × ×

চেক্লা পাইখ্রবনা পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা
চেক্লাগী কাউদোংকম খংদবনা
পোম্বী কোইওাওনয়েদো
শাবী ইনেম-মচা পাম্মুবী
চীংনুংগী সনা লোক্তগী
পাইবীরকলোনে—।

পারী মমোম অনিগী নিংথিবা শকক্মনা থেক-খোইনা শাবা জগোয় অদু উবদা খোংলেনসু হরাউ মথোই কারকলে। মথুত্তা থাংশাং পাইরদুনা হোই-লাওবা খোঙ্গেলনা ইশৈ শকলদুনা থাংগী জগোয় শারকই।

খোংলেনঃ—

হোই-হা-হা-হা—।
য়াকোনলোক য়াকোনলোক
য়াকোন কাপ্পা লিঙকাপ্পা
য়াকোন কনোঙ্গী নোঙ্গী।
হোই-হোই-হা-হা-হা

ঙাপুমনা উকাবা উতোন লোম্মীদা
সে-সে শেনসি শম্না-নগেদা।

অহিং অত্নদা থম্মু থম্বা মচিন মপবাবু জগোয় তম্বীবা মপুং ফাখি।

---

# লৈ-লাংবা

ইবুধৌ মোইরাং থাংজিং লাইদা লৈরাংনবগীদমক্তা থম্বা, থোইবী মনাই সেন্থগা লোইনরদুনা লাকপদা, লম্বীদা চাওবা নোংথোনবনা অথাপ্পদগী উরকলদুনা অশাওবা রাহৈনা চৈরকই "কেগে মচা কনানো? মোইরাং মচা কনানো? শয়োক য়াংবী থক্তা মুপী নীপা লেম্নবগুম চৎপদি উশিত্তবগী মওংলা? থওইদবগী মওংলা? চাওবা ইতিক থংগনি।"

চাওবা নোংথোনগী বা অদু তাবদা থম্বা ইকাবনা মরু লুকখি। মদু উবদা থোইবীনা "ইবুংঙোতোন ইকাবীব্রা কৈনো"? "সনাহল ওম্বোরু ইকাইগ্রেদা।"

থোইবী— ইবুঙোতোন ইকাইবীগনু। ননাওনা তরেংদা থাকপা থাউ-গুম শ্রিৎ নানবা থুমদোকচগে।

থোইবী —

কেগে কনানো?
হা— মোইরাংগী কম্মাইবনু কনানো অঙম্বা।

নুপীনা চৎনবা শরোক—
তোঙান্না থোনগানি হায়বদি থঙদবরা অঙম্বা।
ইপল ইবুঙোগী মরুম থুপকনি খংব্রা ?
ইপা ইবুঙো পন্থো যুবরাজগী মপাল চাগনি
হায়বদি খংব্রা ?
ইপল ইবুঙোদা হঙৎলে হায়রগা
অঙম্বা নকম লৌথোক্কে
অঙম্বা খংউ, খংউ, ফম্নাইবা।

থোইবীগা পাউখুম অসি তাবদা মপু মনাই শক খংনখি। থাংজিং লাইগী লাইমাং তম্না খম্বা-থোইবা, যৌরকখি।

নোংবাননা ইবুথো মোইরাং থাংজিংলাই অমসুং লৈমা নিংথৌ ফম্নাই-বাশিংদা লৈরাংবা হেৎরমলে। নোংবাননা লাওবা লৈদি অ'ন শুখিদে অমত্তনি। মোইরাং নিংথৌনা লৈ অদুগী কলোই মমিং হংলকপদা নোংবাননা খুমলকই।

নোংবান—

ঐবু লোইবা লৈমাবা
রাঙ্গেই নিংথৌনিদ পুরিকলাই
য়োল্লবা কান্দা ঙাকপাস,
লাল্লবা কান্দা ঙাকাপাস,
ননাই নোংবাননা লাওলবা লৈরাং অসিগী
কলোই মমিংদি—পুরিৎ লাই।
চীংয়া পামশরৈ, শত্তু শৈজাকলৈ

লোইবী হাওবলৈ, কৌগদোমাল্লে
মপুসনা নোংদম তম্বীয়ুনে লৈপাকমপু।

নোংবাননা লৈরাংবা লোইরবা মতুংদা খম্বনা অমুক থাংজিং লাইদা অমদি অঙম অথৌশিংদা লৈকৎপা হোরকই। খম্বনা লাংবা লৈদি লৈ অহুমনি। খম্বনা নিংথৌদা লৈশিংগী কলোই মমিং তাকখি।

খম্বা :—

ঐবু লোইবা লৈমাবা,
রাঙ্গোই নিংথৌনদি পুরিকলাই
য়োল্লবা কান্দা ঙাকপিস।
লাল্লবা কান্দা ঙাকপিসি।
ননাই লাইরবা লমজানা কচ্চরিবা শিঙেল লৈরাংসিদি
লৈরাং মাগী মউ তাববু শেংলে হায়রগা
পাখংগী খুবোম তোংশা মানবা লৈ।
লৈরাংগী লৈনা তাববু য়েংলে হায়রগা
নিঙোলগী ছুরী খুংশু মানবা লৈ।
লৈরাং মানা পাম্বোম পোমলিঐ কান্দুনদি
সনাগী কোঙম মানবা লৈ।
লৈরাং মানা ফুগাইনা শাৎলে হায়রগা
পাখংগী চক্র নাকোং মানবা লৈ।
লৈরাংগী কোলোই মনিং থোল

মেলৈ লৈসনা নোংজুম্বা, কদাম্বা শারা লৈম্নুংশি
কৌবা লৈদো মসি ওইগদৌবোই
মপু সনা নোংদম তম্বীয়ুনে লৈপাকমপু।

লৈ অসিগী মতুংদা অতোপ্পা লৈ অমস্থ কৎলমই। নিংথৌনা লৈগী-মশিং কলোই হংলকপদা খম্বনা লৈগী লৈশক তাকলকই:—

খম্বা :—

ঐবু লোইবা রাজোল নিংথৌনিদি অঙম্বা।
লৈরাং মাগী মউ তাববু য়েংলে হায়রগা
পাখংগী কাওরেন যনহোইচৈ মানবা লৈ,
লৈরাং মাগী লৈনা তাববু য়েংলে হায়রগা
নিঙোলগী চন্দন শিরি মানববু লৈ,
মবুধৌ লাইরেন তাওরোই—নাই পাখংবা
কোয়ৌ ইনোং কাগে হায়ড়না
কোয়ৌ নোং কারকপা কান্দদি—
তাংজ মরৈ অনি কাংবদগী
তাংজ মরি অমা থৎলে হায়রগা
কোয়ৌ নোংদোল থক্কগী মালেম পৃথি'থক্কা
থাদরকপা কান্দুদদি—
লৈরাংগী লৈথৈ ওইনা শালোমলে।
রাঙম চদোংননোং, পোইরৈ শুদোম নোং

ৱাঙম শৈশরুবনা পোইরৈ তেংথানবনা
লৈরাংগী কলোই মমিং থোল্লকুবা কান্দুদদি
লৈরাংগী লাংথেৎ হায়না কৌরেদো।
লাংথেৎ কৌবা লৈরাং অচু
মসি ওইরগদৌবোই—
মপু সনা নোংদম তম্বীয়।

অকোনবগী লৈ-না নোবাননা লাংবা লৈ অচুনি। লৈ অহুম অসি থম্বনা লাংথি। থম্বনা লৈশিং হেননা লাংথিবদগী নিংথৌনা থম্বদা মনা পিথি।

নিংথৌ—

খুমন অমুদোন, হা—অমুদোন—অমুদোন
নোংৱাই কৌগনে—অচানবা
ওসি কোরৌ হুমিত্তদিনে থম্বাতোন,
নবুথৌ মোইরাং থাংজিং লাইগী,
শিঙেল লৈরাং পুশিল্লকউনে অচানবা—।
খুমন চংশিল্লকখোলাও, লাকখোলাও অচানবা।

থম্বনা চংশিল্লকনা নিংথৌদা খুরুমজনা মরু লুক লৈথি। নিংথৌনা অমুদা ইশৈ শক্না থম্বদা মনা পিরকই।

নিংথৌ :—

হাদা তায়ুম অচানবা
চংশিল্লকখো—লাকখোলাও
নপাদা শকপা খোংলেন্না
য়েংকী শাগল ওইজৌনে,
নমানদা চাওবা নোংথোনবা
ওইগীনা শাগন ওইজৌনে,
নাবাই তরেৎ শেল্লুংবা
খোইমুনা নমৈ ওইজৌনে।
কেগে লৈবাক মীয়ামনা
লাইজ ঈশিং ওইসনু,
নিংথৌ ইচিন ইনাওনা
পাম্ম থম্বাল ওইবীগে
হাদা তায়ুম নহাক
চীংজাওগী খোইমু ওইজৌনে।
লৈরাংগী লৈকম থংবা খোই,
তয়ুম নহাক ওইজৌকো।
লৈরাংগী লৈকানা থক্তদি
শিঙেলনা লৈহি চুপচরো।
চংশিল্লকখো লাকখোলাও
হাদা তায়ুম অচানবা
নশম্মা লৈয়োন মানবদা

চরৈনা নমখাং কুপপিগে।
সনা খুজি শিবিগে
লৌজখোনে—খম্বাতোন।

নিংথৌনা খম্বাদা পিরিবা মনা অসি মতিক চারবা হায়না নোংথোনবদা হংলকই।

নিংথৌ:—

ইপু—নোংথোন কমদোই?
হায়, হায়য়ুনে অঙম্বা।

নোংথোল:—

ঐবুদা লোইবা লৈমাবা
ঙাঙোই নিংথৌ পুরিকলাই
ননাই নোংথোম্না নিংবদি
মুংখেল লৈমগী খোংলমদো—
ননাই তায়ুমনা খম্বদা পিবীয়ুদা লাইনিংথৌ
শেম্রাই পাংকী পাংলমদো পিবীয়ুনে খম্বদা

নিংথৌ:—

হাদা তায়ুম অচানবা;
শেম্রাই পাংকী পাংলমদো

নিংথৌ:—

নুংথেম্ল লৈমগী খোংলমদো,
নপা ইনাই পুরেনবা, চারম্বদি পাৎলমনে।
চাজরোনে খম্বতোন—।
ইপুদা নোংথোল কমদৌই ?
হায়—হায়নে অওম্বা ?

চাওবা:—

ঐবুদা লোইবা লৈমাবা,
ভাঙোই নিংথৌ পুরিকলাই
ননাই নোংথোননা নিংবাদ
নিংবা, নিংবা থুংজরে।
মপানা শকপা থোংলেন্দা
চংবীয়নে লাইনিংথৌ।

নিংথৌ:—

ইপুদা থোংলেন কমদৌই ?
হায়—হায়নে অথৌবা।

থোংলেন—

ঐবুদা লোইবা লৈমাবা
ভাঙোই নিংথৌ পুরিকলাই
ননাই থোংলেনা নিংবদি
শুকশোক, শুকশোক শোক্কনি।

নিংথৌ

কায়য়ুদা তয়ুম অচানবা
কুণ্ডন নাইন চিনবীগে
কিয়াং লিকফাং শিবীগে
লৌজখোনে অচানবা।
ইপুদা খোংলেন কমদৌই?
হায়ু হায়ুনে অথৌবা।

খোংলেন :—

ঐবুদা লোয়বা লৈমাবা
ভাভোই নিংথৌ পুরিকলাই!
ননাই তায়ুম খম্বদা
থাবনা লিক্লাং পিরবদি—
লিকৌদি লিরক্তা মনি তম্ফা অমতং
হৎপিয়ুনে লাইনিংথৌ।
ননাই তায়ুম খম্বদা।

নিংথৌ :—

হাদা তায়ুম অচানবা
ইমোম্বা লাংলেন ইচাদো
খরাই থক্তা লৈ হাপকে
লৈরোংনা লাইদা কৎপগুম
সে— চিল্লো পিবীগে।
তওৎনা চামা লনউনগে,

তমংনা চামা লনউনগে
চামা চামানা খুজিং ওই
লৌজখ্রোনে অচানবা।
কংজখ্রোনে খম্বাতোন।
তায়ুমগী লৈনা হেল্লিদো
নিংথৌগী মনানা রাৎলিদো।
রায়ৌগম্মুকো খম্বাতোন।
কংজখ্রোকো— অচানবা।

যুবরাজনা অমুক খম্বদা মনা-মথুম পীরকই।

যুবরাজ :—

হাদা তায়ুম অচানবা
চংশিল্লকখো লাকখোলাও
লাংলেন ইচানা শাবা কি,
তায়ুম মনা পিবীগে
কেগে অকা অকুমদা
হেন্নজকনে খম্বাতোন।
ননম্না লৈয়োন মানবদা
চরৈনা নমথাং কুপপিগে
তায়ুমগী লৈনা হেল্লিদো
যুবরাজ কিনা রাৎলিকো
তায়ুম রায়ৌগম্মুকো
কংজখ্রোনে— খম্বাতোন।

খম্বনা অকোনবদা থোইবী নাক্তা তপলি তপলি চংলক্লুনা শিঙেল লৈরাংবা হৌরকখি।

মুংশি চাওবী থাদোইনা, ওইনা ঙাওবী রাঙাংনা হংজরকই।

থোইবী

খুমন নোংয়াই ইবুঙো।
ইবুধৌ থাংজিং নিম্মলাবু
নিঙোল ঐনা ফংজববু মতিক চাদেদো।
লৈরাং ইমানবী মোইরাং চনু কনাদা।
শিঙেল লৈরাংলুবনা
হেন্না ফরগদৌমাল্লে-ইবুঙোতোন।

খম্বা

করি রানো সনাহল।
ননাই লাইর লমজাদি
মোইরাং চনু কনাগীদা।
লৈরাং পোম্মাই হাংলুব্রি
শিঙেল নাচোম য়েল্লুদ্রি।
মোইরাং লৈমরোল অহেনবী
মপুইসনা কোনুংগী
মুরা চনু অহেনবী
নিঙোল ওইবী নকাদা।
ননাই নোংয়াই মচানা

শিঙেল লৈরাং তমজরি।
সনা 'মৎয়েং তাবীয়ু।
নংথৌগী মচানিদি শকহেনবী।

থোইবী—"শিঙেল লৈরাং লৈশক থংনা তাকপীয়ু। নিঙোলনা চিনবা যাদবা লৈরাং ওইরমহুনা লুথ্রা শিংদা চনবিহুনাকো" অসি হায়না মনাই সেন্নদা ইঙ্গিং তৌই।

**খম্বা :—**

লৈরাংগী কোলোই মমিং তমজগেনে সনাহল।
গুরু শিদবা লৈরাং পামেল থারকপা কান্দা
লৈশক লৈওং লৈতবা কাল ওইবনা
ক্বাক পিতম্বর মাগী মতোক শম্নাংবু লৌরগা
পামেল উশাদা থাখি হায়নৈদো,
লৈরাং মানা শাৎলকপা কান্নুদদি
লৈরাং চরোং নাইনা মুরৈননা শাংখিদো
রাঙম শৈশরুবনা, পোইরৈ তেংথানবনা
শিঙেলগী মমিং থোনবা মতমদা
মোমন্নু মচা শকহেনবী প্রমাণ তৌগে খনবদা
শিঙেল মমিং লৌনৈদো—,
"মুনা রাসি লৈবী—
ক্বাকলৈ চরোং মানবী মুংশিবী"

লৈরাং পাউদমনৈ, শিঙেল লৈশকনৈ।
সনাই কাদা কাকৈদ চরোং তমজরি।
সনাই মিৎয়েং তাবিয়ুনে, সনাহল।

থোইবী— ফজখ্রেদা লৈরাংসে। কাকলৈ কৌবা লৈরাংসে পম্থোগী লৈদৌন্দা থাজগে। লৈরাংনা শাংলকপা কান্দা নিঙোল নিংবা থুংলে লৌজগে।

# লাই হরাওবা

খম্বা নোংবান লমজেল চেল্লকপা। নাকল অনিমকী মীনা মাগী মাগী মীবু থাঙ্গৎতুনা থৌনা হাপ্পগুম কৌনৈ। খম্বা নোংবান অনিদা ক্বা মতপ লালনি। লাইরবা লমজা খম্বাগীদি কনা লৈত-মতাগুম তরক তরক লমজা চেল্লকপা উথিবগুম থোইবীনা মপুক্লিংদা হুঙাইখিদে। শিঙেল লৈরাং ওইহ্নস্থ, নিঙোল কাদা চন্দুনস্থ, মোইরাংগী থোইবী তুমিন্না লৈবা ঙমথিদ্রমাল্লে। থোইবীনা খম্ববু কৌরকই।

থোইবী :—

হা—শাবী ইবুঙো ইমানগী মচানিদি লোয়ুম্বা,
অ—ইবুঙো ঙসি কোরৌনিদি মুমিত্তা
কোংয়ানবা নোংবান্না হান্না চেনখি হায়ুহ্নুনা
য়ারৌগমকো মুংশিবা—।
ননাই লাইবক থিবীনা সতী অশেংবমক্তবু ওইরবদিনে

ইবুঙোতোন—।
কেগে মোইরাং কোংয়াম্বা,
মোইরাং নোংবান কোংয়াম্বদগী হেঙ্গ্রুরোনে পাম্মুবা।
পাম্মুবা নহাক্ন ইবুধৌ মোইরাং থাংজিং লাইমাং
য়ৌরবা কান্দুদদিনে লোয়ুম্বা।
ইপা ইবুঙো পন্থৌ যুবরাজনা,
ননাও লাইবক থিবীবু
পাম্মুবা মনা পিবা
নবুধৌ মোইরাং থাংজিং
চেৎনা পরৈ থাগোম্নৌ।

থোইবীগী মপাও তাবদা শারবা কালেন মুংশা মরক্তা ইংলবা মালথা মুংশিৎনা থংহৌদনা হুমলকপগুম খম্বগী পাঙ্গল নৌহোনা লাক-পগুম তৌখি।

লমজেন শোইজুনা থাংজিং লাইগী শুমাংদা লাই হরাওনবা শেম শারকপদা। খম্বগা থোইবীগী জগোযদা যেৎ, ওই থংনবগী মতাংদা থোংলেন নোংথোল থৎনখি। নোংথোলনা হায়খি "নিংথৌগী মচা মুপা থোইবীনা যেৎ থংজুনা খম্বানা ওই থংজুনা শাগদবনি" থোংলেম্না মুপান যেৎ থংগদবনি" হায়খি। মথোই অনিগী খৎনবজু উবদা নিংথৌনা হায়রকই :—

নিংথৌ :—

ইপু নোংথোল, হা—মোইরাংগী নোংথোল
কৌগেকো অঙম্বা—।

কুমসিনা কুমজা'সিদা
হয়াও মথোই কাবদি
খেলাই পুংমাউ লেম্নদি
ইপু থোংলেনগী মপুক্লিং থুংনবা শিল্লসনু।
অঙম্বা নাকম লাংদা কমলোলাও
তামল পানা খুদপ চাখিসি কম্লাইবা।

থোংলেননা খম্বাবু যেৎ থংহল্লতুনা, খম্বা থোইবী জগোয শাহল্লি। মচাগী জগোয অতু উবদা থোংলেননা মুঙাইবা পন্দোম লোমলতুনা অসুম্না লাওতুনা ইশৈ শকলমই।

থোংলেন :—

শাগৎলুদা খম্বা! ইপানা য়েংবদা পেল্লি
কেগে থাংজিং লাইমাং
শাগৎলুদা খম্বা
কেগে লৈপাক পুম্না
মোইরাং লৈপাক পুম্না
হাকুপ হগাম চন্নৈ।
শাগৎলুদা খম্বা,
ফুম থাজদবা লেমলৈ ঙায়াম চেল্লি।
লাইরেন অশোনবদা
থাজদনা য়াইবু পুগুমই।
খম্বা থাজদবদা, সিজনা ওইদা থংলে।

শাগৎলুদা খম্বা
য়েনবা মানবা খম্বা. ইপানা য়েংবদা পেল্লি।
কম্বদা শাবা জগোয়
কমদ্রাই জগোই কৌই।
লেপ্পদা শাবা জগোয়, লেপত্রাই জগোয় কৌই।
চোংনদা শাবা জগোয়, চোংদ্রাই জগোয় কৌই।
শাগৎলুদা খম্বা, খুৎনদা শাবা জগোয়
খুৎত্রাই জগোয় কৌই।
য়েনবা মানবা খম্বা; শাগৎলুদা খম্বা।
মরিংদি য়েনদি কৈজাওবা
মরামগী য়েনদি থিকনেম্বা
অঙাংবা য়েনদি কাওনয়েন
অঙৌবা য়েনদি য়েঙ্হল্‌'য়েন
অমুবা য়েনদি কোগোয়েন।
কেক্রেক কে খোংদম্বা, কাওনকনবা য়েনগুম্বা
শাগৎলুদা খম্বা—।
সেবুদা লাওনা থাশি
সেবুদা লাওনা থাসি,
সে— সে— ঙসিসে
সৈয়ানসি— খ্বা।

———

# কাও ফাবা

ইকোপপুংদা চারিবা কাওরেন যঞাও অসি ফাবা চৎনবগীদমক খম্বাদা নিংথৌনা যাথং পি:র তাবদা মোইরাং থোইবী মুংশা থিজখি। থোইবীনা খম্বাদা কোলোই মপাও হংজরকই।

থোইবী :—

শাবী ইবুঙো ইমানগী মচা নোংদম ওইবদি পাম্মুবা
অ— ইবুঙো মুংশিবা— ,
ইমুং শোরা তৈনা ঙাল্লে হায়রগা,
পাম্মুবা নহাক্ত লমলেন ইকোপপুংদা কুমলে হায়রগা
লাওরেল যনবু থিবা চৎপদা
ননাও লাইবকপু থিবীদি
পাম্মুবা কনাগী চেংলৌ মশকপু য়েংহনা
মুজা লৈহৌ হায়বগেনে ?
ইমানগী মচা নোংদম ওইবা ইবুঙোতোন।

খম্বা :—

মুরা-ও খম্বাল মানবী-ও ইবেম্মা,
অ— ইবেম্মা পাথংনা
চয়েং ইমুং শোরা তৈনা ঙাল্লে হায়রগা
পাথংনা লমলেন ইকোপপুংদা,
কাওরেন যন ভানবা চৎপদি—।

অ— ইবেম্মা মুক্তা ওইবীদি নহাক্ল
শিঙেল লৈরাং বকুল পরেংনিদি ওইরে হায়রগা
পাখংগী ঙক্তা লৈরাং মাবু ছুকলে হায়রগা
নোংদম ওইবী পুজনিংবী,
থম্বাল করম পুঙমমোইদোরিবনো ?
ইমানগী মচানিদি সনাহল।

থম্বনা কাও ফাবা চৎপদা থোইবীনা উচিরাগী লমফাওবা থম্বগী তুং ইল্লমই। থম্বনা লমলেন ইকোপপুংলোমদা মমাব ওন্দুনা চৎথিবদু য়েংউরগা থোইবীনা তাম্না কৌহুনা পাওমেন্নরকই।

থোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচানিদি লোয়ুম্বা
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তদিনে লোয়ুম্বা।
কাওরেন ষন তানবা চৎপদি
ননাওনা নোংদম লাইবক থিবীনা ইবুঙোতোন
উচিরাগী মায়গৈদা, থোইদোমপানগী লমদমদা
ননাওবু কনা য়েংহুনা লৈছৌ হায়বগে ?
ইমানগী মচা নোংদম ওইবা ইবুঙোতোন।
শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি লোয়ুম্বা,
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তদিনে লোয়ুম্বা।
লমলেননা ইকোপপুংদা চাবা
কাওরেন নিংথি 'ঙাংবা
লেপনা ফাবা মঙ্গল ওইজরকউ পাম্মুবা।

খম্বনা উচিবা তুরেন মোরকপদা মপা পুরেনবনা নেৎলম্বা হি অত্থ উবদা, হি অত্থবু খুরুমহনা ভেংথারকই।

খম্বা :—

অ— ইপা ইবুঙো, রাগৈ হি নহাক্তি
ইপা ইবুঙো পম্বো লৈরিঙৈ কান্দুদদি
ইপা ইবুংঙো পম্বো নহাক্ত
খোংনেৎ হি ওইরম্বনিকো।
উচিরাগী মায়গৈদা, খোমদোনপানগী লমদমদা
পম্বো কনাগা লৈরিবগেনে অপোকপা।
ঙসি কোরৌ থুমিত্তদি—
নপারী লমজা মচানা
লমলেন ইকোপপুংদা কুমহনা
কাওরেন মন তানববু লাকপদি
কাওরেন কাবা লেপ্পা মম শীনবিয়ু অপোকপা।

খম্বনা লমদম তাম্না অসুম চৎখিবা, পাৎকী অরাংবা নাপীনা থুম-খিবগী মরুমনা থোইবীগী মিৎয়েংগী লম্বী থৎখিবা। থোইবীনা মথংলেন মমান মচাগী চেংলৌ শককম উরক্লবদা অরাংবা রাংদোং অম লগা খম্বনা চৎখিবা মায়গৈ য়েংহনা শৈশকলকই।

থোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংজেন ইমানগী মচান্নি পাম্মু বা
হা— ইবুঙো পাৎংনা চৎপদি মায়গৈদা
ননাও নোংদম লাবইকপু থিবীনা

আ—ই ইবুঙো চীংগী শেম্বাং তুনানবী জাত্তবু ওইরগা
চেক্লা শাগপ্লা ভুবাং রৈনা পাইরে হায়রগা
পাম্মু হৈনা নভুং ইগুনিংববু—
ইমানগী মচা করম ইনভমলোইদৌরিবনো ?

খম্বনা ইশৈ অসি তারহনা অপাম্বদগী পাওথুম্লকই।

খম্বা :—

মুরা ইবেম্মা খম্বাল লমদম পোরৈ তাম্নবু লৈহৌরবী
চা— ইরেম্মা ঙসি কোয়ৌ মুমিত্তা;
পাখংনা চৎপবু মায়গৈদা—
হা—ইবেম্মা খম্বাল মানবীবু পাম্মুবী
মুজা ওইবী নহারু, চরৈ কিগা প্রমাণ ওইরহনা
পাখংনা চৎপা মাইগৈদা
মুজা তোইনা পুজনিংবী
খম্বাল করম পুঙমমোইদৌরবনো ইবেম্মা।

থোইবী :—

শাবী ইবুঙো ও— খংলেন ইমানগী মচাদি পাম্মুবা
পাম্মুবা নহারু চীংজাওগী থোইমুবু ওইরে হায়রগা
হা— ইবুঙো ননাও নোংদম লাইবকপু থিবীনা
কাব্রংগী লংলা লংলম তরেৎ তারগা,
থোইমু নম্বাং চেংবা অহনা—

অ—ইবুঙো কাব্রংগী লংলানা কিরেদি হায়রগা
ননাও লাইবক খিবীনা, পাম্বুবা রাংনা থাগে ইনিংতম
নেম্না থাগেবু ইথাতম—
পাম্বুবা থামথাং-থামথাং থাজনিংববু
ননাও করম খাঙমমোইদোরবনো ?
ইমানগী মচা নোংদমই ওইবা ইবুঙো।

খম্বনা ইকোপপুংদা চারিবা কাওরেন যম্নাও অহু উবদা খম্বনা বাঁথল তৌই। মকম অসিদা "মকম অসিদা ঐখোই অনিগী পাকল ম্নেংনবসি কনানম্থ উৱরোই। অথাম্পদা পন্দা খুমন মোইরাং মীয়াম কুম্মৈ ম্নেংনি লৈহৌবশিংদো উদবা তারে।" অস্থম খল্লহুনা খম্বানা কাওরেন যন অহুবু থেমহুনা পুরকপা। মহু উবদা খুমন মোইরাংগী মীয়াম অহুনা "খম্বা চেল্লে" হায়না লাওনরমই। খম্বা চেল্লি হায়বা পাও অসি তাবদা থোংলেম্না শগায়দগী লাওরকই।

থোংলেন :—

ইপাগী অমুদোন নোংয়াই শাজৌবা
ঙসিনা কোরৌ সুমিত্তা
কাওরেন যন কাবা চৎপদি
খুমন মোইরাং মমাংদা
নপাই মিংচৎ মাংহনগে তৌব্রা ?
পুরেনবা মিংচৎ থিহনবা তারব্রা ?
যম্নাও মচা অহু মতং কাবা ঙমব্রবদি

নপা ঐ পাঙ্গল শোন্নবা,
অহল মতম ওইরবনা
কাওরেন ষন কাগে, ইপাগী শগাইথক্কা
খম্বা কুম্মৈ য়েংজররাও—

মপাগী অশাওবা বাহ্ন তাবদা খম্বনা পাওখুম পীরকই।

খম্বা :—

ইপাই ইবুঙো হা— পম্লৌ কৌগেকো নচানা
ভসিনা কোরৌ শুমিত্তুদি অপোকপা
নপারি লমজা মচানা
কাওরেন ষনবু কিন্থনা
চেনববু নস্তেনে অপোকপা।
লমলেন অবানশোইগী মায়গেদা
কেগে লৈবাক তিলছোই,
লাইরবা নচাগী কুম্মৈ য়েং'নি লৈছৌবন্থ—।
লাইরবা নচাগী কুম্মৈ উদবা তায়ে হায়ন্থনা
কেগে মমাংদা, মোইরাং মমাংদা
নপারী লমজা মচানা
কাওরেন নমন্থনা কাগে হায়ন্থনা
কাওরেন "থেমন্থনা পুজরকপনি।
পম্লৌ মিৎয়াং তাবীয়ু—
নপারী কাওরেন কাজগে অপোকপা।

খম্বানা কাওবগা পাজন্স যেংনরকলে। অমিমক পাজন্স মান্নবা, অমনা অম্নবু লাকচবা ঙমনদনা মতম কুইনা লাক্লবা মতুংদা কাও অদুস্মু মপাজল হম্বরকপা, খম্বস্মু বারকপা। মথোই অনি পোথাবশুম লৈনবা মতম অসিদা খম্বানা মচেম খম্নুনা পিরকপা কাব্রং থৌরী অদু নিংশিং-লক্কুনা মখ্যাংদগী কাব্রং থৌরি অদু লোথোক্কুনা কাও অদুগী মমাং হুন্জিল্লমই। অদুগা অম্মুম্না কৌড়না শৈশকলকই।

খম্বা :—

হা— ইপা ইবুঙো—
হা পম্বৌ, পম্বৌ কোগেনে নচানা।
ইপা ইবুঙো পম্বৌ নহাক্কি
তাইবং মীয়োন খংবা যননিদো।
পম্বৌ কনানা পাইরম্বা
খুঙা শাজৈ মানবগে ?
পলেন কনানা তারম্বা
কাব্রং থৌরী মানবগে ?
পম্বৌ মিৎয়েং তাবীয়ু অপোকপা।

কাওরেন যন অদুনা মীয়োন খংবা শাবশুম কাব্রং থৌরী অমস্মুং শাজৈ অদু য়েংলমই। মদু উকরগা মহাক্কী মবুঙোনি হাযবা খংলকপশুম কাওরেন অদুনা খম্বগী মনাক্তা চংলক্কুনা লেপলমই। খম্বানা কাওরেন অদু কাব্রং থৌরী থুরদুনা মোইরাং মাইগৈ যেংলদুনা লাকলমই।

হুমিং তারমদাইগী মতম ওইরকপনা মহৌশাগী দৃশ্যনা তনৌ-তনৌরকপা

লমজাও ইকোপপুংদগী নামিবা মুংশিংনা লিরি, লিরি হম্মকপা। খম্বাগী অরা-হুমাং লাংশিল্লকপা মতমদা মজা ইবেম্মা থোইবীবু নিংশিংলক্লুনা থোইবীবু কোহুনা শৈশকলি।

খম্বা :

অ—মুরাওদা লমদম তামনা লৈহৌরবী ইবেম্মা।
অ—ইবেম্মা ওসি কোয়ৌ মুমিত্তদিনে পাম্মুবী!
পাখং নোংদম লাইবকপু খিবনা মুংশিবী,
মপুই, ইবুঙো মোইরাং নিংথৌগী মমাংদদি
পাখংনা কাওয়েন যনবু কৎপা চংবা কান্নুদদি মুংশিবী
অ—ইবেম্মা মুজা ওইবীদি নহাক্ল
শিঙেল লৈরাং কুম্দোগা প্রমানগদি ওইরহুনা
লৈরাংগী পরেং মানা পাখংগী ওক্তা হুকলে হায়রগা
নোংদম থীবা পাখংগী শিঙেল লৈরাংনি হায়রুনা
কেগে লৈপাকপু মমাংদা-
মোইরাং লৈপাকপু মমাংদা,
খুমন লৈবাক্তী মমাংদদী মুংশিবী,
হো—মুজা ফেরজনিংববু—
থম্বাল করম ওমলোইদৌরিবনো?
মোইরাংগী থোইবী ইরেম্মা।

# শামু-খোংয়েংপা

অহিং যুবরাজনা মনাই নোংবানগা তান্নরুনা খম্বনু শামু খোংযেংপা
অর। নখৈ খকপা মতম অসিদা খম্বগী মপুঙ্গী মাংখিবা তারে মতাগুম
পাং ইবীনা খোইবীবু হোদোকলকই।

পাঙ্খোইবী —

ইতা ইবেম্মা হা মোইরাংগী খোইবী।
ও—চান্নরবীরু ইতারোহ।
ওসিনা কোয়ৌ সুমিত্তদি ইতারোই।
ইতা ইবেম্মা নহাক্কি
খোমলেন শাংবা তুমখুন তান্নিবরা ?
নবুঙো নোংমাই চাওদবদিনে ইতারোই
মোইরাংগী খোইরি কৈরেলদি মচিদা
চেগাইনা পোকপিদি লমদমদা,
নাপল ইবুঙো শ্রীযুৎ মোইরাং নিংথৌগী
গজরাজ শামুদি পুখোকলরুনা— ইতা
নবুঙো নোংমাইদি চাওদবা
শামুনা খোংদদি য়েৎ,
লাঙ্গোট খোংদদি পুন্নেনে।
উওাং পাক্কন্ না উমু পামকেন্নরেনে ইতারোই।
টনোংমা ওানেরা ওান্নে।

ও—কৌবা শোইরেবু নোংশোইরে।
নথংলেন নমানগী মচা
য়াইবী থাবনা হান্নবা ভাক্লে।
নমানগী মচা য়াইবী কনবা কাল ওইরেনে ...ইবী।
খোমলেন শাংবা য়াহৌরোনে থোইবী।

থোইবীনা সেম্ন হোদোকলমললগা মথুংতা ছুরী পাইরদুনা থোইবী কৈথেল তম্না চেল্লকই। কৈথেলদা মীয়াম লৈবদু উবদা থোইবীনা অরাপ্পদগী লাওরকই।

থোইবী—

কেগে কনানো ও মোইরাং কনানোনে অঙম্বা
ঙসিনা লাইরেন কোয়ৌ মুমিন্তদি
লমলেননা খোইরী কৈথেল্দা,
পাম্মুবা য়াইবী লৌগে হোৎনরিবা
কেগে কনানো মোইরাং কনানোনে অঙম্বা ?
ঙসিনা কোয়ৌ মুনিন্তা
থোইবী ইতিক থংউ, থংউ অঙম্বা।

মপা ইবুঙো চিংখুবা যুবরাজ য়াওরম্বা উবদা থোইবীনা মপাদা হায়রকই।

থোইবী—

ইপা ইবুঙো হা—পম্মৌ
ও পম্মৌ কৌগেকো অপোকপা

ঙসিনা কোরৌ মুমিত্তা
পম্থৌ মায় ওনবীগনুকো অপোকপা
লাইরবা নহামপু য়াইবী লৌগেবু হোৎনবদিনে অপোকপা
নমোম লাইবক খিবীনা,
নমোম থাং অসিনা
ইপা ইবুঙো পম্থৌগী য়াইবী লৌরেদি হায়রগা
নমাক্ক য়াইবী থাবা মতাং থোকলবদি
ইপা ইবুঙো পম্থৌ লাইরবা নমাকী লুখা থানগে।
লাংলেন নচাগী ইতিক
খংউ খংউনে অপোকপা।

থোইবীনা নোংবান উবদা মহু পুবী লীল অমোমগুম শাওনা যেংলকই।

থোইবী :—

কেগে নোংবান! হা! পাপী নোংবান কৌগেকো কোংয়াম্বা,
ঙসিনা কোরৌ মুমিত্তদি কোংয়াম্বা
ইপল ইবুঙোনা—
মোইরাং নিংথৌ ওইরি খংদত্রনে কোংয়াম্বা।
নোংবান পাপী য়াইবী লৌগে খংগনি ঙসিদি
ও— থোইবী ইতিক খংউ খংউনে কোংয়াম্বা।

সেনু লাকপা উবদা থোইবীনা পাউমেন্নরকই :—

থোইবী :—

হা— সেনু, সেনু, অচানবী।

ইতা ইবেম্মা হা— সেন্নু
কেগে শেম্বী ইনম্মা
মোইরাং শেম্বী ইনম্মা,
ইনম্মা শেম্বী কৌরুরোনে অচানবী
নবুঙো নোংম্লাই চাওদবা
য়াইবী থাবনা হানখিবা তাৱে অচানবী।

থম্বাগী খুদোংথিবা মতৌ অত্থ উবদা থোইবীনা কপ্তুনা তেংথারকই।

থোইবী :—

হা— শাবী ইবুঙো ইমানগী মচাদি লোয়ুম্বা
অ— ইবুঙো পাম্মুবা নহাক্ল
য়াইবী থাববু থোকলবদি
ননাওনা নদোম থায়োইকো লোয়ুম্বা
পাম্মুবা হৈনা নত্তুং ইঙ্গুরক্কনিনে পাম্মুবা।

সেন্নুনা চেনখিত্নুনা মচেম লাইরবী থমুদা মপাগী পাউ তমলকই।

সেন্নু :—

কেগে শেম্বী ইনম্মা!
মোইরাং শেম্বীদি ইনম্মা,
খোমলেয়া শাংবা তুমথুন তাল্লবস্থ ইনম্মা,
খোমলেন মংগ্রেমনবা কাল ওইরেনে ইনম্মা
নোংমা ভাল্লে রাঙাল্লে

ও—কৌবা শোইরেনবু মুংশোইরে।
খোমলেন শাংবা য়াহৌরোনে ইনম্মা।

খম্ব—

ও— হা মোইরাংগী সেম্ম, সেম্ম ইবেম্মা
অ— ইবেম্মা হা সেম্ম—
ঙসি নোংদোল লাইরেন কোয়ৌ মুমিত্তদিনে সেম্ম।
অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদনিনে সেম্ম
ননম্মা শেম্বীদা খোমলেন শাংবা য়াহৌরকপদি
সেম্ম কলোই শেংনবু তম্বীরম্মু সেম্ম।

সেম্ম—

কেগে শেম্বী ইনম্মা।
ঙসিনা কোয়ৌ মুমিত্তদিনে ইনম্মা!
অ—নহু নিংথৌ নোংয়াই চাওদবীদিনে ইনম্মা
মোইরাং খোইরী কৈথেল মচিদা
চেগাই পোকপিদি লমদমদদিনে
শামু খোংদদি য়েৎ, লাঙোই খোংদবু পুল
ঈঙাং পাক্তক, ঈম্মু পামকেন লৈহৌনে ইনম্মা।
ইনম্মা শেম্বী খিল্লগম্ম ইনম্মা।

মথাগী অরা পাউতাবদা খম্ব—কপ্প তেংথারহুনা খোইরী কৈথেল তাম্না চেল্লকই।

খম্ব—

ইচেমগী ইবুঙো নোংয়াই কৌগে লমজা !
লাইরবা নহাক লৈরি হায়রুনা ইচেম লৈবনিকো খম্বা,
ইচেমগী ইবুঙো ঙসিগী কোবৌ নুমিত্তদিনে খম্বা,
শাম্মু খোঙদবুয়েৎ লাঙ্গোই খোংদবু পুন্দুনা,
লাইরবা ঈঙাং পাক্তকনবদি খম্বা,
লাইরবী নচেম করি ওইক্করসিগে খম্বা।
ইচেমগী ইবুঙো হা ইহু নিংথৌ
ও—লমজা কৌগেকো ইচেনা
লাইরবা শাম্মা পাঙ্গল চাওরকলে,
ইচেম্মা হুরাওরদ্বদি—
নোংয়াই নপাল চাগত্রা হায়দনা
ইচেম্মা চাওননবা য়োকপবু
ইচেম্মা লৈকাই খুম্থোং নিপালচৎ
মোইরাং খুম্থোং চৎলে হায়রগা
লৈকাই কোশু লংবদি লাইরবা
লাইরবা নচেমগী খুবাক্কী
লোঞ্জা মরোন তরেৎ হুবনিদো খম্বা,
লাইরবা নহাক লৈ হায়রুনা ইচেম লৈবনি।
লাইর' খাংপোক শংদদি খম্বা
লাইরবা নহাক লৈত্রবা কান্দদি,
লাইরবী নচেম কনা য়েংহুনা

লৈহৌ হায়বগে লমজা।
ইচেমগী ইবুঙো খম্বা,
ঙসিগী কোয়ৌ মুমিত্তদিনে লাইরবা
মোংয়াই ইচেমগী য়ারা খোঞ্জেন তারবদি
ও—নোংয়াই নপাউ অমুক্তদি নেল্লম্মুনে লমজা,
হা— ইচেমগী ইবুঙো নোংয়াই কৌগে খম্বা
লাইরবা নহাক্ত অঙাংগী নৌরা ওইরিঙৈ কাল,
অমৃত মায়োক্লরিঙৈ কালঠুদদি খম্বা,
লৈকাই ইচেম ইনেম ইন্দোলদা
খোয়াং ইনবা চংপদি ইবুঙো।
ইচেমগী ইবুঙো লমজা নহাক্ত
নবুক চাওবনিনা খম্বা
খোয়াং থনবা ঙমদহুনা লাইরবা নংবু;
মীগীস্থ মপারী শাৎপনিনা
মমোম ফুইবনিনা লমজা,
পলেম নমা নত্তনা পলেম নমা শাহুনা
ইহু নিংথৌ নংবু ইম্থোরকপা কালঠুদাদিনে খম্বা,
চরৈ ঙ্কিজ পায়হুনা য়ায়বহু খম্বা
লাইরবা ইচেম্না খল্লুরে হায়রগা লমজা,
ইচেম্মু করি ওইক্লরসিগে লাইরবা।
অ— ইচেমগী ইবুঙো, মোইরাংগী লমজা ইবুঙো,
নয়ুমনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তদিনে খম্বা

নথক্কো ময়াম্বা লৈতবনা
নখাদা ননাও পোমদবনা,
ও— নোংয়াই লাকচ খুহম চনখিনিকো লমজ্জা।
ইচেম্মা তম্বা নীপা ওইরমলবদি—
নোংয়াই হৈনা মতুং ইনগদবনি খম্বা।

অসুম্না কণ্ডুনা লাকপনা মোইরাং খোইরী কৈথেলদা ইঙাং পাক্করবা মপা খম্ববু উজখি।

# লাইরশংদগী কৌখৎপা

চিংখুবা যুবরাজনা খম্ববু শামু খোংয়েৎপগীদমক কৈশুম শংদা লৈরুরবা মতুংদা মচা মুপী থোইবীবু উনিংলদুনা মহাকী রাণী অতোনবী (মমাতোন) লাইরশংদা থারকই।

মমাতোন :—

ইমাগী লাংলেন, লাংলেন কৌগেকো থোইবী
ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা,
লাংলেন ঙসিগী কোরৌ থুমিত্তুদি ইবেম্মা ;
মাগী কলোই ইপাও তারবদি থোইবী।

চেক্লাঙ্গম চিনদিনলুসি, পোম্লীগুম চিক্লোকনুসিনে খোইবী
লাংলেন খোংদোই হল্লকউগবা চরৈহন।

মমাতোনগী মপাউখোল তাবদা খোইবীনা খম্বদা মমাতোন লাকই
হায়না তাক্লমই।

খোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি লোয়ুম্বা।
ঙসিনা কোরৌ মুমিত্তড়ি পাম্মুবা;
থুমনগী খরাই খোঙ্গাল ম্নাংমদা,
মুপী ম্নারা খোঙ্গেল তাবদি—
গলেম ইমাতোন খোনকম মাল্লিদা লোয়ুম্বা।
পলেম ইমা লাকপরা হায়ব্রা হায়হ্না
ননাও অমুক্কা খোক্তুনা য়েংউগে হায়বদি—
পাম্মুবা করি হায়বগে?
ইমানগী মচানিদি লোয়ুম্বা।

খম্বা :—

করি ম্নানোনে সনাহল।
লাংলেন মমাতোন লাকই হায়বদি
লাইর শংদবু লেংলকপদি
ম্নাঙ্গোই করিগী খোংদারকপনো?
নমাতোন ওকপা কান ওইরেনে খোইবী।

থোইবীনা লাইরু-খরাই থোঙ্গাল থোকলদুনা মমাতোন ওকলমই।

থোইবী :—

ইমা ইবেম্মা, হা পলেন কৌগেকো ইমাতোন।
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তদিনে ইমাতোন।
লাইরবা কাদা লাকপদি অপোকপি।
পল্লেম করি সনা য়াথং তাকপিগদৌরিবনো ?
নমোম মাইবক থিবীদা,
পল্লেম কোলোই নপাও
শেংনা তম্বীরদপা ইমাতোন।

মমাতোন :—

ইমাগী লাংলেন হা—লাংলেন কৌগেনে থোইবী।
ইমানা ঙসি লাইরেন কোরৌ নুমিত্তা,
লাইরবা নচাগী কাদা—
ইমানা খোংদোই হুল্লকদি—
নপা ইবুঙো পম্হৌ যুবরাজনা লাংলেন ইবেম্মা;
কেগে কংলা কৈশুলশংদগী কুম্মকলেদি হায়রগা
লাংলেন নহাকপু থিহৌই ইবেম্মা।

মমাতোনগী য়াবা তাবদা থোইবীনা মথংলেন মমানগী মচাদা কোলোই মপাউ তমলকই।

থোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচানিদি পাম্মুবা।
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তদি—

পলেম ইমাতোন লাকপদি ইবুঙোতোন
ইপা ইবুঙো পম্থৌ যুবরাজনা
কেগে কংলা কৈশুমশংদগী
কুম্মকলেদি হায়রগা—
ননাও নোংদম লাইবক থিবীবু
কাওরেন ষনদি থিবগুম
তায়ুম নাই থিবগুম পাম্মুবা।
ইপা ইবুঙো পম্থোনা
থিহৌরি হায়না হায়রিয়ে
ননাওবু চৎলু হায়ব্রা চৎকনু হায়ব্রা ?
পাম্মুবা কলোয় অমুক্তদি
তম্বীয়ুগবা ইবুঙোতোন।

খম্বা :—

নুরা ইবেম্মা থম্বাল মানবীনিদি সনাহল
ওসিনা কোয়ৌ নুমিত্তা
নপা ইবুঙো সনা য়াথং লাকপদি
কোয়ৌ নোংদবু কাকয়োই
মালেম কৈদবু তাকয়োই
নপা ইবুঙো সনা য়াথং
চৎলু চৎলুনে সনাহল

খোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি পাম্মুবা।
নোংদম খিরবী ননাওনা,
পম্মৌ ইপা ইবুঙোগী
সনা য়াথং ইনশ্রিঙৈ কান্দুদদি ইবুঙো।
নবুধৌ মোইরাং থাংজিং লাই
চেৎনা পরৈ থাগোম্নবীরমউ ইবুঙোতোন।

খোইবীনা মমাতোনগা লোয়ননা সনা কোম্নুংদা লাকপদা মপাবুং যুবরাজনা মহাকপু নোংবান্দা লৈয়ু হায়রমই। খোইবীনা মতুদা য়ারমদে। খোইবীনা ইষা মষাদ্রবা অতুদা চিংখুবা যুবরাজনা খোইবাবু শাথিনা ফুরমই। খোইবী থাম্বতুনা লৈখি। মতু উবদা সেন্থুনা তেংথারমই।

সেন্থু :—

ইতা ইবেম্মা মোইরাংগী চাম্নরবীবু সনাহল।
থম্নুনা শান্না তান অমং য়াইথোং কুমলবম্নু
খোঙাক অশিথেম মকুই মুঙল চীংদদি
মুম্নানা চামা শিরগা
থংলেন চামবু ঙাইনচীং
নতাবু ঙাইবীরমউনে ইতারোই।
হয়েং নতানা লাকলেদি হায়রগা ইতা।
থম্নুংগী বৈতরনী তুরেন লানবা কান্দদি
লংলাগী লংবুম অমনা খোংবু ওইরগা

শম্নাংগী শম অমনা
থোংগী পাস্বে ওইরেদি হায়রগা
বৈতরনী তুরেন লানমিন্নসিনে ইতারোই।

সেম্নুনা কপ্পুনা তেংথাবা অদু তাবদা যুবরাজনা সেম্নুদা হংলকই। "ইপাগী ইবেম্মা সেম্নু করিগীনো? ইমুংদা কপ্প-লাওন তৌরিবদি?" "পম্বৌ অপোকপা! নগোম লাংলেন থোইবী লৈত্রে।"

যুবরাজ মথবাই বারমই "সেম্নু মবেম্মা! ইচানা অস্নুম্মা রাম্ব শিথ তৌবা মতমদা করি হিদাক তৌবগা ফবদে?"

সেম্নু— ইপা ইবুঙো! পম্বৌ অপোকপা, ইচানা রাম্ব-শিথ ওইরকপা মতমদা খুমন ওংবী, নোমাই কৌরবদি অনবা লাইকোকই।

যুবরাজ— 'লাংলেন ইচানবু ফগনি হাযরবদি ইপা কোগে।' অসি হায়রকুনা চিংথুবা যুবরাজনা মপুক্রিং বানা থোইবীবু কৌরকই।

থোইবী—

ও—ইপাগী লাংলেন। লাংলেন কৌগেনে চরৈহন।
ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা,
ওসিগী কোরৌ নুমিত্তদি ইবেম্মা।
ইপানা খুমন ওংবী
নোংমাই তাবী কৌগেনে চরৈহন।
তওৎ চামা লনউনগে
তমং চাবা লনউনগে,
ইপানা খুমন মরাং রাইদা থিনগেনে লাংলেনহন।

ইপাগী য়ারা খোঞ্জেল তারবদি
লাংলেন অমুক্তদি, লাংলেন হল্লকউগবা চরৈহল



যুবরাজনা থোইবীবু ফুবা।

মপানা অয়ন্না কৌরকপা অসিদা থোইবীনা ফুক হৌগত্তুনা মপাবুং যুবরাজদা খুরুমলমই অদুগা হায়রকই "ইপা ইবুঙো নমোম চৎচরগে।"

যুবরাজ— কয়াদা তাৎ তৌরিবা নুপীনো ? নোংবান্দা লৈরু হায়রগা শিজিন্নবা, খুমন্দা পনবদা নখোঙ থাংদোকপনা হানবা। ওসিদি খংগনি নোংবান মরানথাইদা লৈয়ু য়াদ্রবদি কবোদা লোই থাগে।

যুবরাজগী অশাওবা তাবদা মমাতোন্না থোইবীবু থেম্মকই।

মমাতোন-

ইমাগী লাংলেন, লাংলেন কৌগেনে থোইবী।
ইমাগী য়াথং ইল্লুনে ইবেম্মা
কেগে নোংবান কোংয়াম্বা

পামদবা নোংবান মরানয়াইদদি
মুমিৎ শিংবুম মণ্ডাদদি য়াঙ্গোইরুখোনে লাংলেনহন।
মুমিৎ শিংবুম মণ্ডানি শুরকপা কান্দদি
চফু চেং লৈতবা চেং লৈহল্লু
উয়ান কানমদববু কানমহল্লু।
ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা।
কেগে নোংবান পাইমা লিংজেল খাবনা
ননম কৈজৈ কারল লাক্কুনা
ফুরবা কান্দুদা—
ইমাগী মোংবা ইরান য়াইদা
হল্লকউকো— লাংলেনহন।
ইমানা খুমন মরাং য়াইদদি
থিনবীরগে লাংলেন ইবেম্মা।

খোইবী :—

ইমা ইবেম্মা, হা পলেম কৌগেকো ইমা!
নমোম লাইবক থিবীনা
কেগে মোইরাং কোংয়াম্বগী মরানয়াইদা
লৈরুরবা কান্দুদদি ইমাতোন
খুমন নয়া লাইরবনা
শিঙেল লৈরাং লৈমন চল্লিবু হায়রুনা।

নমোম লাইবকপু খিবীনু
শিঙেল লৈচিনবিক্ত্রবু কান্নুদদি ইমাতোন
নমোম লাইবকপু খিবীদি—
শিঙেল অরেম্বদা তাহৌরগনি,
লৈরাং অতিঙাদবু তোকপা তারে ইমাতোন।
পলেমগী য়াথং ইনবা—
নমোম ঙম্মযোইদৌমাক্লে ইমাতোন।

## লোইকুম্বা



খম্বা, থোইবীনা রা থাবা

খোইবীনা কবোদা লোইকুম্বা লাকপদা পর্বীদা থম্বনা ঙাইহন্না লৈরম্বদো উবদা মথংলেন মাপী মফমদা কেলোই পাউমেন্নরকই।

খোইবী—

ঙসিনা কোরৌ মুমিত্তুদি
খেবনা পুংগী পুংথক্তা,
অরাবা মশক ওই—
চিন্তা পোৎলুম পুক্কনা
লৈরিবা নংবু কনানো?
থম্বাল ইশুং ইমারবা কনাগী
চিন্তা পোৎলুম ওইরবনো?
থম্বাল ইশুংলাংগী চিন্তা ওইরবদি
পাম্মুবা নপাউ ইপাউ মেম্নরসি ইমানগী মচা।
ননাওগী অরা' খোঙ্গেল তারবদি
পাম্মুবা খোংদোই হুনবীরকপা ওইরে,
মীগীও-মচা প্রানগী নোংদম ওইবী ইবুঙো।

থম্বা :—

হা—মোইরাংগী চেক্লা ইবেম্মা!
অ—ইবেম্মা, ঙসি লাইরেন কোরৌ মুমিত্তা,
চেক্লা অমুবা, শায়াম লক্তুদা,
চেক্লা অঙৌবা মাতোম রাওরকপদিনে মুংশিবী—।
হা—ইবেম্মা লমদম কৈদবু—

চেক্লা কাইদোংকম থিরুগে হায়বগে ?
লমদম কৈদবু চেক্লা চাক্তারুগে হায়বগে মুংশিবী।
অ—ইবেম্মা পাখংগী অরা খোঞ্জেল তারবদি
হো—মুজা কলোই নপাউ শেংনা
তম্বীরমউ—ইবেম্মা।

খোইবী :—
শাবী ইবুঙো ইমানগী মচা,
অ—নোংদম ওইবদি পাম্মুবা।
হা—ইবুঙো ঐখোইগী ইয়ুম কেগে
মোইরাং লৈবাক্তদি—
চেক্লা কাইদোংকম লৈতবনিনা,
কেগে শেম্বী কদাংখোং মপুংয়াইদদি,
চিংগুলানা পুংবা লম,
অ—উশোইনা খোংদাং পোকপা লমদা,
ননাগনা চেক্লা কাইদোংকম থিকরগে।
ইমানগী মচা লৈহৌরোকো ইবুঙোতোন।

খম্বা :—
অ—হা—নোংদম ওইবীনিদি ইবেম্মা।
অ—ইবেম্মা নিঙোম্বা
কবো শেম্বী মপুংয়াইদদি মুংশিবী
ও—মুজা খোংদোই হুনবদি পাম্মুবী,

খোইমু কনাগী মশুংলাংগীদমক্তা
মুজা খোংদোই হুনগদোরিবনো ?
অ—ইবুঙো খোইমু ইশুংলাংগীদমক্তবু ওইরবদি নুংশিবী।
মুজা—খোংদোই হুনকরোই,
পাখং নোংদম লাইবকপু থিবগা।
চেক্লাগুম চিন্দিরখিসি—
পোম্বীগুম চিল্লোক্লখিসি পাম্মুবী।
মুজা নপাউ শেংনা তম্বীরকউ ইবেম্মা।

খোইবী :—

হা—ইমানগী মচা নোংদম ওইবা ইবুঙো।
অ—ইবুঙো ননাওনা কবো শেম্বী মপুংয়াইদা।
ননাওনা খোংদোই হুনবদি
হা—ইবুঙো পাম্মুবা নহাক্ল
শামু খোংদবু য়েৎ, লাঙ্গোই খোংদবু পুনবদো।
ননাওনা লাইবক থিবীনা
কবো মীচা—চা
ননাওনা লমন শিংজররুরগে
ইমানগী মচা রারৌগনু ইবুঙো।

অসুমা বিদায় পিনরক্লনা অবা-নুংশি পাউমেল্লবা লোইরবা মতুংদা থোইবীনা নুংশিলমদম থাদোকলম, পাম্মু মাইগৈবু হম্র য়েং ; থাংনিংদনা থাংবা খোংথাংনা কবো মাইগৈ পাংথিরমই। থম্বানা পিরকপা কোংখাং চৈশু অক্লনা খম্বা মাগী মশক ওইনা মমোম মাগী পামজনা লোইনবী ওইজখি।

# কবোদা থোইবী

হুমিদাংরাইরমগী কান্দা হুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা তময়া কোবী চেল্লকপা, লমদম পোইরৈ থাপহৌরবী ময়ুম কেগে মোইরাং লৈবাকপু য়েংজনিংবনা পাইমা পুক্লিং লাংতক্লনা থোইবী কবো থোঙ্গাল লাম্না চেম্থোব-ক্তুনা অরাংবা লৈতোংদা লেপলদুনা মপাম লমদম য়েংলমই। খোংজাই ঙম্বা চীংনদি পল্লোল শাবদুনা নিংভোলগী তাঙবী মিয়েংবু থৎথিবা। নুংশি থকচা মিৎয়েংনা মশেল মঙাল য়েংলদুনা মশাবী মাঙ্গবু কৌদুনা শৈশকলকলে।

থোইবী—

শাবী ইবুঙো হা—লমদম পোইরৈ তাম্না
লৈহৌরিববু ইবুঙো
ইয়ুম কেগে মোইরাং লমদমবু
য়েংউবদি নুংশিবা—।
খোংজাই ঙম্বা চীংনদি
নিভোলগী য়েরু পঙোইমক্তবু ওইরদুনা
লাইবকথিবী নচনগী মিৎয়েং লম্বীবু
থৎলমলেনে পাম্মুবা—।
পাম্মুবা নহারু ঙরাং কোয়ৌ নুমিত্তা
নিভোলগী খোমলেন শাংবা মংত্রেমদা
চিন্তা পোৎলুমপু. অর' শকক্লম ওই,
মাঙ্গ নংবু উরম্বদি নুংশিবা।
কেগে কনানা লাকচ খুদুম চনবগে

মোইরাং কনানা থওই-উশিত্ত য়েংবগে
ননাগী পুক্নিং লাংতক্লবা
মাঙ্গ অহোইনহুম হেল্লকলে।
রাই, রাইদা—, ননাওদি।

থোইবীনা অসুম্না মপুক্নিং লাংতক্লনা মযুম কেগে মোইরাং লৈবাক্তা তোমনা য়েংলিঙৈ, থোইগী পুক্নিং চংলবী থোইবী মাগী পুক্নিংদা মথংলেন মাগী অরা-নুংশি পান্থোনবা ইশৈ ওইনা তারমই।

খম্বা :—

অ—নুরাওদা খম্বাল মানবী নুংশিবী!
আ—ই ইবেম্মা লমদম তাম্নবু
পাইপ্লবী চেক্লাও—
লমজাও খোংগী লান্মে চাকপদি নুংশিবী
চীংজাও—ও লাম্লে—
নাপোম ভুম্বা চাকলেম্মু মখণ্ডই।
পাখংগী ইঙ্গি লাকা নুংদবু চাকপা মৈরিদি
চীংজাও লাম্লে মথণ্ডদে—
নাপোম ভুমলেম্মু খংবীদে।
লমজাও খোঙগী খাম্বী মৈচাকপদি
অহিং তাংলৌ লৈনা থেংলগা
নোংমদোন লাইপ্ল লিক্লা তারপা
খাম্বী মৈবু মুৎলিদে। নুংশিবী।

পাখংগী ইস্রি লাকা মুংদবু চাকপা মৈরীদি
অহিংনা থেংলে হায়রগা
নোংমদোল লাইজ লিক্লা তারগা
খাম্বী মৈবু মুংলিদো মুংশিবী।
পাখংগী ইস্রি লাকা মুংদবু চাকপা মৈরিদি
অহিংনা থে'লে হায়রগা
নোংমদোল লাইজ লিক্লাবু তারে হায়রগা
মাঙ্গা অহোয়নহুম চাকইনে মুংশিবী।
শাখংনা রারকলবা কাল
হৈয়াগী খোম্থাং য়ৈরকলবা কান্দুদদি থোইবী
থোইবী নংগী কলোইনা পাখংগী
অরা' পোত্থা ওইরিদো থোইবী।

অহিংগী থাবল্গনদি মপুংফারক, থাবলগী ঈথক ঈপোম্না লাইজ ইরাওখোল্দি ওইরহুনা নিংশিং পরৈ চেৎলবী থোইবীগী থম্মোইদা নিংঙোলগী ফিশা তেম্না য়ৈবগুম য়ৈরকপা। মথংলেন মাবুদি উঙমদা। অথেংবা অহিংদা অঙাওবীগুম মপাল থোকলগা থাজ মাবু যেংলহুনা হায়রকই।

থোইবী :—

অ—ইবুঙো কোয়ৌ নোংমদোন থক্তবু
থোকপা চন্দ্রদেব থা নহাক্তি
কবোগী লমদমদদি থাজ নংবু থোকই'দা
মোইরাংগী লমদমদস্থ থাজ নংবু থোকইবনিদো।

অ—ই ইবুঙো চন্দ্রদেব থাজ নহাক্ত,
খুমননা মরনয়াই, যৌরকলবা ক—ন্দুদদি
কবো শেন্বী মপুংযাই—
লাইবক থিবী নশানৌ,
ওন্নথোইনা লৈহৌই হাযদুনা
মাঞ্জ লাইরবদা তন্বীরমউ থাজও।



থোইবীনা শাংচনবা

অসুমা কোরৌ নোংদোন থকী থাজদা মুংশি পাউমেননজরুমলগা মবুধো মোইরাং থাংজিংবু খুরুমলকই।

থোইবী—

কেগে লাইয়ো মোইরাংগী থাংজিং
থাংজিংনিদি কোইরেল লাই
নশু নোংদম লাইবক থিবিনবু
ৱারিবা মৈচাকসে—
ইবুধৌ থাংজিংনদি লেপ্লা কুপা তৌবীয়ু
মোইরাংগী থাংজিংনিদি কোইরেন লাই।

# কবোদা খম্বা কোইরকপা

খম্বানা শগোল তোংদুনা কবোদি ৱোরকলগা থোইবীগী লৈফম খংদবনা অঙাওবগী মশক ওইনা লৈরকপগী মতম অদুদা খম্বানা ইশৈ শক্তুনা থোইবীবু কৌরকই।

খম্বা:—

হা—মোইরাংগী চেক্লা। চেক্লা।
ইয়ুম কেগে মোইরাং লৈবাক্তা পোকপা চেক্লানা
কবো শেম্বী মপুংয়াইদদি সুংশিবী
অ—ইবেম্মা চিংগু লানা পুংবা লম
উশোইনা খোংদাং পোকপা লমদবু
চেক্লাগী কাইদেংখিববু চেক্লাও—।

অ—ইবেম্মা ঙসি কোয়ৌ সুমিত্তা
চেক্লা মায় খোঙ্গুল লিয়কপদিনে সুংশিবী
চেক্লানা তোংবা পামেল খঞ্জদবগী ময়মনা
পাখং নোংদম লাউবকপু খিবদি
হো—য়াংদৌ লম্মখাংদগী হল্লে ইবেম্মা।

ইথা-থাজদনা খংহৌদনা খম্বগী মথোন তাবদা থৌইবীনা হয়াওবগী পম্মোম লৈখিদে। নিংঙোম্না থোংগী নাতৈ কাংলদুনা চায়' পোয়োন শংলদুনা হয়াওনা মপাল থোয়কই।

থোইবী :—

অ—মোইয়াংগী খোইমু খোইরাবা
হা—ইবুঙো, চেক্লা মায় খোঙ্গুল
লিবা লাকপবু ওইরবদিনে লোয়ুপ্পা
নোংপোক থংবা য়াংলৌ লপ্পীদি,
চৎলুগনুনে — পাম্মুবা।
অ—ইবুঙো মখা থংবা চৎলিবদি—
য়াংলৌ — লমদি —,
লালোই শগোল চুম্না থৌবীয়কউ
ইমানগী মচা—
চেক্লানা তোংবা পামেল লৈয়বনি।
ইমানগী মচানিদি ইবুঙোতোন।

খম্বা :—

অ—মোইরাংগী চেক্লা ইবেম্মা
অ-ই ইবেম্মা কবো শেম্বী মপুংয়াইদা
চেক্লানা কাইদোংবম হোংলেবু হায়রগা
পোইরৈ লমদম তমনবু চাক্তাববু
চেক্লাগী চিঙ্গাক হোংলে হায়দুনা
মাঙ্গা পুক্লিংবু ওল্লব্রা ?
মীগীও-মচা নংবু নুংশিবী।

খোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী
মচানিদি পাম্মুবা—
হা—ইবুঙো ননাও নোংদম লাইবকপু থিবীনা
পাম্মুবা নপাউ ঙাইরকপদিনে ইবুঙো
হা—ইবুঙো চিংনুং চাদি নোংগোবী
চেক্লা চাদি রাকম্বোং—
চেক্লা চাতু-নোঙ্গোবী মানা তৌবগুম
তুরেনগী লাইজ ঈশিং
থকউ তমদবগী মরমনা,
রাশা থম্বে 'থক্কব, তোংহুনা
নোংমদোন লাইজ লিক্লা ঙাইবগুম
পাম্মুবা নপাউ ঙাইজরিনে ইবুঙোতোন।

অহিং অতুম্বা অপাম মুংশি বারী শারতুনা, মতম কুইনা কাইনরুরবা চেক্লা-না মফম ইথং থংহৌদনা অমুক হন্না উহেনা থ,ব। বন্দা উনতুনা চিংলোরবগুম থম্বা থোইবী উনখি। আহং চুপ্পা রাবা শাতুনর নোংবানা শেলি থংখিদে।

# লোই-কারকপা

থোইবীনা কবোদগী লোই কারকপদা বুম্বী তেন্না থাদা নোংবান্না লোই ওকশম্বা অতু উবদা থোইবানা কবম তৌনা নোংবানগী মথুত্তগী নাম্থোকপা যাগদগে হায়না মপুক্লিংদা থনখি। মমৈথংদদি পামদবনা অপাম্বা শা, মুংশিদবনা মুংশিদবা শা। নোংবান মপুক্লিং ফানবা থোইবীনা অথাম্পদগী নোংবানবু মুংশি কপোয়না কৌরকই।

থোইবী :—

ইতৈ নোংবান কোংয়ানবা,
মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা।
নহাল ননাওনা —
কবো লোইদা লৈরিচৈ কান্দুদদি কোংয়াম্বা।
ননাও লৈরি হায়বদি থংবীদনা
ভসিনা কোরো মুমিত্তা
ননাওনা লোই কারক্কনি হায়বদি তারগা
পাম্মুবা লোই ওকাপরমলিব্রা ?
ইমানগী মচানিদি কোংয়াম্বা।

মালঙবা নুংশিৎ নামিবা, তান্না মানবা মপাউখোল থোইবীগী ইংলবা খোল্লেল অতুনা নোংবানগী থম্মোইদা থাবদা নোংবান হরাওবগী হায-নিঙাই লৈখিদ্রে। মফম খংদনা নোংবান "হেঁ, হেঁ স নাহল। হেঁ হেঁ সনাহল" হায়না পংনোক্তা নোকচরমই। খংহৌদনা অগোমবু শাবও—, মনাই-শিংবু কোনবও, নোংবানগী হরাওবগী হায়ফম খংদবা, হায়বত্ন ওইখ্রে। নোংবানগী অসিগুম্বা তাল্লক অসিদা থোইবীনা চংশিল্লক্তুনা মোমোন নোক্ন মুংশি শৈশকলমই।

থোইবী :—

ইতৈ নোংবান—,
মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা
ননাও লাইবক থীবিদি—
কবো মীচাক চারুরে,
শেন্বী মীয়ূ থকউরে হায়রুনা
পাম্মুবা রায়োবীগনু কোংয়াম্বা।

থোইবীগী তাবা তাবাবা চিনবাঙগী হায়দোরকপা মপাউখোল তাবদা নোংবান শেল্লুংবা, মরোন থোকখিদ্রে। মরৈ ফাইনা "সনা 'বেম্মানা, সনাবেম্মানা, সনাবেম্মানা" অমুম্না হঙ্গিল, হঙ্গিল হায়রতুনা থোইবীগী নাক্তা কমজখি। থোইবীনা নোংবানগী তাওজিং হৈরাং চারুবদা খংহৌদনা অবাবা ওইখি।

থোইবী :—

ইতৈ নোংবান, মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা
ঙসিনা কোয়ৌ মুমিত্তদি কোংয়াম্বা

ননাও নোংদম লাইবকপু থিবী
কবো লাইবু হোয়ে—।
শেম্বী লাইবু হোয়েনে কোংয়াম্বা
ননাও লাইবক থিবীদি—নোংবান,
মোংবা নয়ান য়াউ' য়োবা ভম্মোইদোয়মাল্লে,
কোংয়াম্বা—।

থোইবীগী মরা তাবদা নোংবান রাজবগী হায়নিঙাই লৈথিদে।

নোংবান

মুরা ইবেম্মা মোইরাংগী
থোইবী, থোইবী কৌগেকে, সনাহল
ঙসিনা কোয়ৌ মুমিত্তদি নুংশিবী,
পাখংনা লোই ওকপবু লাকপদি
ঙসিনা কোয়ৌ মুমিত্তদি নুংশিবী,
অ ইবেম্মা মুজা নহাকপু
ইয়ুম কেগে য়োগজবু হায়ত্রুনা,
পাখংনা খোংদোই হল্লকপনিকো পাম্মুবী।
নোংদম থিবা পাখংদি মাংজয়েদনা
মোইরাংগী থোইবী, থোইবীদি সনাহল।

থোইবীনা শগোল তোংলবদি অনাবা ফগনি হায়দুনা মোংবানগী শগোল ফারুবা তোংলমই। থোইবীনা শগোল অত শরুম থোদোক, লৌখাই

হঞ্জিল, লৌরাক থৌদোক শঙম হঞ্জিল, অসুম থৌদুনা শানরম্বদগী মমৈ-থংদদি খুদুপ থাদুনা থৌখিরমই। নোংবাননা থাপ্না লৈহৌরবা মতম অদুদা থোইবীনা নোংবান্দা হায়রকই।

থোইবী :—

কেগে নোংবান, হা-মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা
নুপীনা পামদববু মীপাওথোক
খৈনগী য়াংকোক শেগাইবা
মরিংগী শংবাই নাতৎপা মানবা নোংবান
য়ৈন কাংক্রুম মকোনথোক
লিরুং মানববু পুককংবা
নুপীনা পামদববু মীপাউথোক
নয়াম্বা থোকপরা নতাও থোকপরা ?
খুমন মরানয়াইদা নতৈমা চৎলে
হা-নোংবান লৈহৌরোকো কোংয়াম্বা।

থোইবীনা খুদুপ থাদুনা অমুক থৌদোক্লগা হান্না য়েংলকপদা নোংবাননা তাল্লকপদু উবদা থোইবীনা।

থোইবী

কেগে নোংবান কোংয়ানবা
মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা,
ঐবুনা তানগেনে নিংলদি

খুগাগী কৈনা চাজহৌরো কোংয়াম্বা
ঐবু তাল্লোই হায়রবদি
ঐবুনা হেনবা ইনম্মা সিজ
কংজহৌরোনে—কোংয়াম্বা।

থোইবীনা তোবুং লমজাও লান্দুনা কাক্তা মাইগৈদা শগোল থৌহুনা লাকপদা লম্বীদা লাংলেন মচাবু ভাইরমলিবা মমাতোন্না থোইবীবু উরহুনা কৌরকই।

মমাতোন :—

ইমাগী লাংলেন, লাংলেন কৌগেকো থোইবী
ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা
ভসিগী কোরৌ নুমিত্তদি থোইবী নংবু
শিঙেল লৈরাং পাম্ববু ইচানি,
তাউজিং হৈরাং পাম্ববু ইচানিনে লাংলেনহন
ইম-ই শিঙেল লৈরাং চিনখিসি,
তাউজিং হৈরাং চাখিসিনে লাংলেনহন।
ইমাগী য়াম্না খোঞ্জেল তারবদিনে লাংলেনহন।
লাংলেন য়াঙ্গোই শগোল—
খাম্বীবা কাল ওইরেনে থোইবী।

থোইবী—

অ-হা পন্দেম কৌগেনে ইমা, ইমা।

ইমা ইবেম্মা হা পলেম !

হা পলেম ! হা পলেম কৌগেকো ইমাতোন !

শিঙেল লৈরাং পাম্বব্ নচানি।

তাউজিং হৈরাং পাম্বব্ নচানি।

ইমা-ই ইবেম্মা নমোম লাইবক থিবীনা

য়াম্নৌ শাগা প্রমাণ ওইরে হায়রগা ইম্যাতোন,

কেগে নোংবান কোংয়াম্বা—

মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা,

কোংয়াম্বা নোংবানগী মনাই মশম্না

তাওবা হুইগা প্রমাণ ওইরদুনা

শাগা হুইগা তান্নরিবসে ইমাতোন।

ও-পলেম তাওবা হুই—

থাম্বীহৌবা কাল ওইরে ইমাতোন।

শিঙেল লৈরাং চিনবদি

মতুংগী তরা থোক্ল লৈরি,

তাউজিং হৈয়াং চাবদি

মতুংগী তরা থোক্ল লৈরি ইমাতোন।

পলেম ইবেম্মা নহাক্ল

লাজোই শগোল থোঙ্গুল মুৎপিহৌরো ইমাতোন।

থোইবীনা মমাতোনবু তুং ওইনরমতুনা য়াজোই খুতুপ থৌত্থনা লাকই।

সেহুনা মহাকপু লম্বীদা ওকলম্বতু উবদা থোইবীনা সেহুদা পাউ হংলকই।

খোইবী :—

কেগে সেনু! হা, সেনু। সেনু! কৌগেনে অচানবী।
ইতা ইবেম্মা হা—মোইরাংগী
সেনু! সেনু। চান্নরবীবু ইতারোই।
নহাল নতানা কবো লোইদা কুমক্রিঙৈদা
ইতা ইবেম্মা নহাক্কী নখুৎবাক্তা
চেক্লা মচা অমা প্লোকউ
হায়না থমলম্বন্থবু ইতারোই
ইতা ইবেম্মা চেক্লা কম্না চাওরক্‌গেনে ইতারোই।
নতা য়ান্না খোঙ্গেল তারবদি—
সেনু কলোই নপাউ শেংনা তহৌবা
কাল ওইরেনে ইতা। ইতা।

সেনু :—

ইতা ইবেম্মা হা-মোইরাংগী চান্নরবীদি ইতারোই।
নহাল ইতানা কবোগী লোইদা কুমক্রিঙৈগী কান্দা
নতা লাইবক খিবী সেনুদা,
চেক্লা মচা শিন্নরম্বদি ইতা,
ইতা ইবেম্মা চেক্লা মপুং কারেনে ইতারোই।
ইতা ইবেম্মা চেক্লা মপুং কাহনা

চেক্লা তুফাং য়ৈনা পাইবা ঙমলকলে
শামান্নবা থেংনগে, লেংমানবা থেংনগে হায়রকলে,
হা মোইরাংগী ইতা
খোংশানবীরো, ইতা, ইতা।

থোইবীনা অস্থুম শগোল থৌজিল্লক্নুনা মোইরাংগী চেংথৈগে লম যৌরক-লবদা লাইর-থাংপোক যেংদুনা মনম্মা খম্বু কৌরকই।

থোইবী:—

অ—কেগে শেম্বী ইনম্মা
হো—মোইরাংগী শেম্বীদি ইনম্মা।
ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তদি
নবুঙো নোংয়াই চাওদববু লৈরবদি—
ও—লাইবকথিবী নচনগী
লাঙ্গোই খাম্বীবা কাল ওইরেনে ইনম্ম

থোইবীগী খোঞ্জেল তাবদা খম্বুনা মপরা খম্বা যেংদুনা কৌরকই।

খম্বু:—

হা ইচেমগী ইবুঙো লমজা,
লমজা কৌগেনে খম্বা।
ইচেম্মা ঙরাং কোরৌ নুমিত্তা হায়বদুনিদো খম্বা
হা—কবো শেম্বী মপুংয়াইদগী
হো লাংলেন মচা য়োরকলেনে লাইরবা
হো—লাইরবা য়াঙ্গোই খাম্বা
কাল ওইরেমে লাইরবা।

মচেমগী মপাউ তাবদা খম্বা সরোক য়াংবীথক্তা চেঙ্খোরকই। খুবাং লাইখল শাদুনা য়েংলকপদা অথাপ্পদা থোইবীনা শগোল থৌদুনা লাকপদু উরে।

খম্বা :—

অ—মুরা ইবেম্মা

হা—খম্বাল মানবীবু পাম্মুবী।

ওসিনা কোয়ৌ নুমিত্তদি নুংশিবী

পাখংনবু লৈবা মাইগৈদা

অ—ময়াঙ্গোই চুপলি কন্ন শেন্নদুনা

পাখংনা লৈবা মাইগৈদা

লাঙ্গোই চুমা থৌবীরকউ ইবেম্মা।



থোইবীনা শগোল থৌবা

থোইবী ঃ-

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি পাম্মুবা
কেগে নোংবাল কোংয়াম্বনদি
ননাও লোইদগী কারক্নি হায়বদি
করম হায়না খংবগেনে পাম্মুবা ?
পাম্মুবা নংদি করম খংহৌদ্রবনোনে
ইমানগী মচা— ।
হা ইবুঙো কেগে নোংবাননিদি কোংয়াম্বানা
কুম্বী তেরা থাগী মাইগৈদদিনে ইবুঙো,
আয়ানা লাংদি থাকলমদ্রুনা ইবুঙো,
ননাও লাইবক থিবীদি—
হা—ইবুঙো কেগে নোংবানদি কোংয়াম্বা
মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বা,
আয়া লাংদবু থুরুবদি মুংশিবা ।
ননাও লাইবকপু থিবীনা
লুপীগী অাং অবলা পাঙ্গল শোনবী ওইনা পোকপনা
কেগে মোইরাং কোংয়াম্বা—,
হো—মোইরাংগী নোংবাননিদি কোংয়াম্বগী
আয়া লাং খংসি খংঙমদে
লাংখোং মুকসিবু মুকঙমদা
ননাওনা কংঙাওনরুবদি পাম্মুবা

নবুধৌ মোইরাং থাংজিং কোইয়ৌ লাই
থাংজিং নোংদম খোন্দগী
ননাও লাইবকথিবীনা খুমন নয়ানয়াই
য়েৌরকলবনিদো পান্থ্রুবা
ননাও লাইবক থিবীগী
লাঙ্গোই খাম্বীবা কাল ওইরেদো পান্থ্রুবা।

খম্বা

অ—মুয়া ইবেম্মা থম্বাল মানবী,
ওসি কোয়ৌ নুমিত্তদিনে পান্থ্রুবী।
ইকা ওাগুম খেরাং-থাং,
ইকুম ওাগুম থকচানা
মুজা রাওাং থকচানবদি মুংশিবী।
খোইমু ইমায়বা কনানা
মুজা রাওাং কায়ল চৎমলবগে?
নীপাগী জাত্তবু ওইরমলবদি—
শায়েং পাম্বোম ওানগে
ইমু ময়োন শৎনগে।
ওসিগী নোংলেন মুংজাদা
পাখং লাইবক থিবদা
মুজা নপাউ শেংনা তম্বীবা কাল ওইরেনে।
ইমানগীমচানিদি—সনাহল।

থোইবী :—

শাবী ইবুঙো থংলেন ইমানগী মচাদি পাম্মুবা
ননাও লাইবক থিবীনা,
কবো শেম্বী মপুংয়াইদগী
চেক্লাগুম তুকাংয়ৈ, পোম্বীগুম শাগপতোই
মাঙ্গা পোইরৈ তম্না পাইরকপদি
লাইরবা নকা য়েৌররোইদ্রা হায়না
ননাওনা মুংশা থিজরুবনা,
ননাওনা রাহৈ থকচানখিবনিকো পাম্মুবা,
লাইবক থিবী নশানৌদি নুপীগী জাত্তা পোকপনা
পাম্মুবা নরানয়াই য়েৌরকপা কালসিদদি,
ছুমাংগী ঈরিক তারকলেদো,
অয়োগী হৈয়া চল্লকলেদো।
নশানৌ লাইবক থিবীগী
মাঙ্গা লাঙ্গোই খাম্বীবা
কাল ওইরে, ওইরেনিদি ইবুঙোতোন।

মশানৌ মাগী কোলোই মপাউ অত্থ তাবদা খম্বা খুদক্তা কুপ্পা কৌনা তাখৎলমই। শাম্বা পাজল অকনবা পাম্বোম তিংনা লাওরকই :—

খম্বা :—

নহাদে, যত্রাদে—,
খুমনদে নোংয়াইদে